# য়াওঙ্কম তাকপা

হিরম | লামাই



———

# মরিংগী ফুঙ্গা ৱারী

মরিং জাত্তিগী ওইবা ফুঙ্গা ৱারীগী মাংওইননা সমাজদা মীওইবনা হিংলিবা মওংগী মরমদা খরদং নৈনহনা য়েংসি।

তাইবংপানবা অসিবু শেম্বীবা মপু অমা লৈতনদি ঐখোয়গী তাইবং অসি অস্সুম্না ওইরম্লোই। মপু মহাক লৈরম্বা মরম্না তাইবংপান অসি অস্সুম্না ওইহনবীরম্লিবনি। শেম্বিবা মপু মহাক লৈরবা, হায়বা খঙনঙাইগী দমক্তা মপু মহাক্কী শক্তম অদুমক্তা তাইবং মীওইবা ঐখোয়বু শেম্বী-রমখি। মপু ইবুংঙো মহাক্না শেম্বীখিবা তাইবংগী পোৎলমশিং অসিবু য়েংশিন্নঙাই ওইনা মীওইবা ঐখোয়না মপু অমগুম্না তাইবংপান্দা লৈরবা অসিনি। অদুবু শেম্বীবা মপু মানা তাইবংগীদমক্তা ওইবা মীওইবা ঐখোয়দা শিন্নবীরম্বশিং অদুদি জীবশিংগী ওইবা জাৎ-শিংদা 'লাবা অমসুং আমোম' পোৎলমশিংগী ওইবা জাৎশিংদা মখল-মখেল কয়ানা লৈতেংবীরম্লগা তাইবংপানবা অসিদা ইথন-থন্হনা লৈরিবা অসিনি। মপু ইবুংঙো ঈশ্বর মানা শেম্বীরমখ্রবা পুন্নমক অসিবু মীওইবা কৌবা অসিনা ঙাক শেল্লী অমসুং শি-জিন্নহনা লৈরিবা অসিনি।

তাইবংপান অসিগী মপু তাইবং মীওইবা অসিগীদমক্তা মপু ইবুংঙো মানা শিন্নবীরমখ্রবা খুদোন পোৎশিং অদুদি লিচৎলোন

অনিনি। তাইবং মীওইবগী লিচৎলোন অনি অসিনা মপু ইবুংঙো ঈশ্বর মা লৈ লৈতে হায়বগী হিরমদা শক্তাক্লহল্লি। লিচৎলোন অনি অসিগী মনুংদা অমদি মপু মাগী অয়াবনি, অমদি মপু মাবু শোন্নফম ওইহল্লি। মীওইবা ঐখোয়গী লিচ লোন অনি অনিগী পথাপ খরা য়েংশিঃ — ফজবা—অথিবা, অফবা ফত্তবা, ঈংথবা ওলাংবা, অচুম্বা—মীনম্বা, অচৌবা—অপীকপা, নুংশিহৈবা— য়েংথিবা, পেনবা—পেন্দবা, অসিগুম্নদনা পথাপ খুদিংমক্তা মীওইবা অসিগী লিচৎলোন অনি অনিনা পনখৈ ওইরি। তাইবং মীওইবা কৌবা অসিনা থরাই হকাং অনিনা কায়নদ্রৈদো হিবনশিং অসিদগী নাম্থোকপা শুমদ্রবা হিংনবগী লম্দা মাইয়োক্লরিবা অসিনি। ঐখোয় মীওইবশিংগী ইরক্লগী হংনিংবগী ৱাখলস্থ লৈনৈ মতুদি করিগীদমক্তা ঈশ্বর মানা লিচৎলোন অনি অনি ফা নননা মীওইবা ঐখোয়গী শরুক তম্বীরম্লিবনো? অচুম্বনি মতুগী ৱাহং অতু হংফম থোকপা ৱাহংনি। অতুবু ৱাহংতুগী পাওখুম ওইনস্থ অম্নুম্না লৈরি- মতুদি তাইবং শেম্বীথিবা মপু মাদি মীৎনা উবা ফংবা মপূ নত্তে, মরম অসিনা শেম্বীবা মপু মা লৈরী হায়বসি থাজবা কৌবা লৈররোই মরমদি মীওইবা কৌবা অসিদি মমীৎনা উরবফাওবদস্থ থাজবগী মপুং ফাদে। মরম অতুনা শেম্বীবা মপুগী মশক অতু থরাইগী ওইবা লম্বীদা অমস্থং তাইবংদা হিংলিদৌদা খুদম ফংনফম ওইনব- গীদমক্তা লিচৎলোন অনি অনি ফাংনহল্লীবা অসিনি। অমুকস্থ য়েংলবদা মসিনা তাইবংপান্দা হিংবদা মপুং ফাহন্নবগী মচাকস্থ ওইহল্লি। মরমদি শম্না হায়রবদা চাওখৎনবগী হৌরকফম মচাক

অমনি। মসিদা খুদম ওইনা হায়রবদা খুবাক নাম্মনা খুবদা কৈদৌন্নুংদস্থু মখোল থোক্লোই। তাইবংপানবা অসিদা শেম্বীবা মপু মানবু লিচৎলোন অনি-অনি থৌরাংবীরমদ্রবদি শেম্বীবা মপু মাবুস্থু লৈরবা হায়বা খঙলোয় অত্থুগা চাওখৎপা হায়বসিস্থু স্থুক্লে লৈরক্লোই।

মীওইবনা হিংবদা চংলিবা লিচৎলোনশিং অনি অত্থুদা 'অৱাবা' অসিদি অচুম্বা অত্থুনি। অত্থুগা মাবু 'শোন্নফম' ওইবা লিচৎলোন অসিদি মীওইবা কৌবা অসিনা অৱাবা, খুদোংথিবা তারবা মতাংদা মত্থুবু কোক্লগাইগী মপু মাবু শোনব হৌই। অৱাবা, খুদোংথিবা অত্থুবু হকথেংনদ্রিডৈদদি মপু মানা য়াবীবা শরুক অসিবু করিস্থু নৎতন খন্দোক্লগা লৈরকই। তাইবং মীওইবা ঐখোয়গী মতক্তা মপু মানা য়াবীবা কৌবা শরুক অসিবু য়েক্ল-বগুম্না লৌহল্লিবা শরুক অত্থুদি পাপ কৌবা মাননি, পাপ হায়বা অসিদি শেম্বীবা মপু মানা তুক্কচত্ত্রবা পথাপ অমনি। পাপ হায়বা অসি বদাইদগী হৌরকখি হায়বসিদি মীওইবা কৌবশিংনদি থি-জিনগদবগী মতুক্তা পাপ কৌবা মাবু হরাও-হরাওনা তরাম তরাম্ন ওৎবগী থৌরাং ওাক্তা তৌত্থুনা লৈনৈ। অত্থুগুম্নবা পাপ অত্থুগী হৌরকফম মরু ওইরিবা অত্থুদি মফম অনিখক্তা লৈরি। পাপ হৌরকফম মফমশিং অত্থুদি 'স্না অমস্থুং লুপানি'। স্না অমস্থুং লুপা অনি অসিনা তাইবংপানবগী ফজবা অমস্থুং অশেংবা স্বর্গগী লম্বীবু ওন্না তৈনহল্লিবনি। অত্থুবু মত্থুগী লম্বী অত্থুবু ফাজিন্নবগী-দমক্তা পেন্থোকপা হায়বা অসি লৈরি। মীওইবা মানা পেন্থোকপা

হায়বা শরুক খুৎলাই ওইবা শিজিন্নবদি মতুগী মনা ওইনা লৈরীবা মপু মাগী মাবীবা হায়বা অতু কংই। অতুগা পেন্থোকপা কৌবা শরুক অতুবু খোজাওনদ্রবদি মতুগী মনা ওইনা পাপকী লৈমংলুম অতু কংই। লৈরীবা মপু ঈশ্বর মানদি তাইবং মীওইবা খুদিংমকপু সুংশিবীতুনা লৈরী অতুবু মীওইবা কৌবা অসিনদি পাপ হৌরককম ওইবা খোংগুনবু পুক্নিচুম্না থিন্দুনা, লিনতুনা লৈমৈ। মীওইবগী পুক্নিদা পেন্থোকপা কৌবা, শরুক অসিবু কানখোক্লগা চংলবদি কল্লক য়েংথিবা হৌরকফম, চিন্থী করাম হৌরকফম, উশিং-থওইদবা হৌরককম অসিশিং অসিগী মফমশিং অতুদা থুংলুহনা অচাওরম কৌবা অতুবু উনরুই। অচাওরম অতুবু উনরুবদগীদি মতুবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নরগা সমাজদা অকনবা শক্তি লৈবা শারকখি।

মমৈথংদদি মতোমতনা হরাওজরতুনা পাপকী থয়াত্তা চংজরগে, চংজরগে মতাগুম্না কোয়চোং চোংজরতুনা পাপকী মৈরীথক্তা থাংলগা লেঞ্জবা ফংলকখি। মসি মীওইবা ইশা ইশানা ফংজফম থোকপা ফংজরবনি।

মীওইবা সমাজ অসিদা থাজনবগী মওং মতুংইন্না ধর্ম্ম নিতি কয়া লৈরি। মীওইবনা চৎনরিবা ধর্ম্মশিং অতুদা, হুরাম্নু, চিন্থীমু, কান্নবশিংসু তৌ, য়েংথিনৌ হায়বগী মরমদা পাওতাক পীরম্বা ধর্ম্ম নিতিশিং অদু লৈরমদবা মরম্না হিরমশিং অদু পাপী হায়বসি ধর্ম্ম খুদিংমক্না তাক্নখোকপীরে।

## মরিংগী ফুঙ্গা হ্বারী

মরিং হায়রিবা জাতি অসিগী ওইজবা ফুঙ্গা হ্বারীশিং কয়া জাতি অসিগী অহল-লমনশিংনা তীংশিল্লুনা হৈরি। ফুঙ্গা হ্বারীশিং অসিংগী মনুংগী মপুং ওইহল্লিবদি কলক য়েংথিনবনা কান্নবা ফংবা, ফংদবা, লাইরবা ইনাকথুনবা অনিগী মরক্তা থোক্লকপা ফত্তবশিং কয়া, পী।দং-পাদংপগী অৱাবা পুন্সী, অপোকপা-পোক্তবা মচাবু নাওয়োক-নাওকোনবদা থেম্নবা, অকন অথৌশিংগী কীদল্লকম ওইবা, যুম পানবা ( নুপী লৌবা ) শোয়খিবদা অৱাবশিং থেংনবা অসিগুম্লবা মথল মথেলশিংগী ওইবা মরিং জাতিগী ফুঙ্গা হ্বারিশিং অসিবু সমাজদা শন্দোকখিবদা জাতি বিজাতি নাইদনা মীওই অমগী পুন্সিদা হ্বার।শিং অসি পাক্লরগা, তাক্লরগা মশানা মশাবু বিচার তৌজহন্না অচুম্বা, অচম্বা পুন্সি ওইজবা ভজনবগীদমক্তা জাতিগী ওইবা ফুঙ্গা হ্বারী অসি পুথোকচরি।

অহানবা ওইনা কোথুম অমম্নুং মেথিল হায়বা মীওই অনিগী হ্বারিশিং অতু তাংকক তাংকক ওইনা য়েংশি। কোথুম অমম্নুং মেথিল হায়রিবা নুপা অনি অসিদা চেল্লিবা মগুনশিং অহুমদি অশিংবা, অপাংবা, অতনবা, মরমওকপা, কল্লকপা, য়েংথিবা, চম্থোকপা অমম্নুং ঈশ্বরনা য়াবীবা, য়াবাঁদবা গুন মরমশিং অসিনা মথোয় অনিগী মরক্তা চেম্নরি।



# মরিংগী ফুঙ্গা ৱারী

## অহানবা তাঙ্কক্

কোথুম হায়রিবা নুপা অসিনা য়েন য়াম্না লোইরমই। মাগী য়েন ময়াম অসিদা চাওর চাওরবা য়েনবাশিংস্থু য়াওরমই। মানা লোয়জরিবা য়েন ময়াম অতুবু অতৈগী য়েনশিংনা লাম্বা তোবদা য়ৌবা ওল্লমদে। কোথুমগী য়েন শঙ্গু অতুবু উরু উরুবা মী খুদিংমক্তসু ইশঃ য়ামখ্রেদা, ফজখ্রেদা, চাওখ্রেদা হায়নরমখি। নোংমগী নুমিত্তদি মেথিল কৌবা নুপা অতুনস্থু কোথুমগী য়েন ময়ামতু উরুরবদা মপুক্লিংদা মওল, মওল খল্ল-খল্লতুনা মখুমদা লাকখিরমই। মথং নুমিৎকী অয়ুক অওনবদা মাগী খোংগ্রাও, ফুরিং, টুপী ময়াম অতু খাও অমগী মনুংদা উহন্দবমখৈ শেম্লগা কোথুমগী ময়ুম তম্না লাকখিরমই। কোথুমগী ময়ুম হেক য়ৌরক্লগা—কোথুম, কোথুম হায়না কৌর কৌরতুনা ইমুংদা চংলকখি। কোথুম্না, আই, মেথিল কৈদৌরে হায়না খুল্লকপদা মেথিলনা কোথুম নওোন্দা অরুবা ৱারী খরা শিন্নরমদবা য়াদরে অস্থুম্না হায়রকখি। মতুদা কোথুম্না মেথিল করি ৱারানো কয়াম লুবা ৱারীনো হংখি। মেথিলনা য়াম্না লুবা ৱানি, ওসি ঐহাক চত্তবা য়াদবা অরুবা থবক অমা লৈতুনা

ঐ চংখিবা তারে। ঙসি ঐখোয় খুলদা লমবু সাহেব লাকনি, চাকস্থ অসিদা চারগনি,, চাক য়েঙ্খাং খোৱাং তৌরমসন্থ হায়না ঐঙোন্দা পাঙ থারকপনি। ঐখোয় খুলগী লমগী মরমদা লাক্কদৌরিবনি। অদুবু ঐহাক চংথোকখ্রবস্থ নহাক্না ফনবা সেবাস্থ নিংথিজনা তৌরমদবা য়াদেকো। কোথুম্না মতু তাবদা হোয়নে, হোয়নে নংনা চংকদবা থবক অদু চংলুরো লমবু সাহেবনা লাক্ল-বস্থ ঐনা ফনবা তৌরম্লগেনে হায়না খুমলকখিবদা মেথিলনা কোথুমদা, ননা ফনবা তৌহৌগেদি হায়রগা নংনা হৌনবীদু অমুক লমবু সাহেবপু শাগুহল্লমউকো। ঐখোয় চীংগী ওইবা লমগী মরমদদি লমবু হায়বা অসিনা খ্বাইদগী চাওরবনিকো। নশা অদু চমোং চমোং লৈরমগন্থ ফজনা ইরুজরগা ফী অহনবা শেংলু কোক্ত্রা ঐখোয় কণ্ডমগী চংনবী শমপ্রেং হাপ্লগা মহাক লাকপা ঙায়রমউ হায়না ৱারীশিং অদু শিন্নরমখি। মেথিল মথুত্তা থাও অমা পায়রদুনা চীংচেপ অমগী লম্বীদা চংখিরমই। কোথুমস্থ মেথিলনা শিন্নরম্বশিং মগুং অদুদা ঙায়দুনা লৈহৌখি।

মেথিল মাগী খুলদগী লাপ্পা চংথোকখ্রগা লমখাংদা পন্থরদুনা মাগী থাওদগী মফী-মরোলদু লৌথোক্লগা মফী হোংদোক্লে। ময়ুমদগী শেংলকপা ফীরোল হোংদোকখিবদু অমুক থাও অদুগী মন্থুংদা হাপচিনখিরমই। হোংদোকখিবা ফীরোল য়াওবা থাও অদু মফম চানা লম্বীদুগী চীদাইদা লোংশিল্লম্লে। মেথিল হৌজিক্তী লমবু সাহেব অমগী শক্তম লৌরদুনা লম্নক্তগী চৈ অমা থিরুরগা চৈগু ওইনা গুরদুনা মথুল অম্না লাক্লে।

কোথ্মম্ লমবু সাহেব লাক্লগনি হায়ব্লনা পরপ পরপ মখোং-মথুংম্ চামথোক্লে মকোকস্ তুমথোক্লনা শমজেং হাংতোক্লগা মকোক্লা শমপ্রেং ফজনা হাপ্লহুনা লমবু লাকপা ওইখি। মীংকুপ খরগী মতুংদদি লমবু সাহেব অহু খুল য়োৱকখিরমই। লমবু অহুনা মেথিলগী য়ুমগী মপা হেক য়োৱক্লবদা মখোল য়াম্না হৌনা মেথিল, মেথিল ঐ য়োৱক্লে। অস্তুম্না মখোল কন্না কৌখিবদা কোথ্ম্না মাগী য়ুমদগী চেস্থোরক্লমা লমবু সাহেব অশোমদা ঐগী য়ুমদা লাকপীরো। মেথিলদি থবক অমগীদমক্তা চত্তবা ম্নাদহুনা চংথোকখরে। অস্তুম্না লমবু সাহেবপু মেথিলগী য়ুমদা লাকপীনবা কৌখিরমই। মেথিলদি থবক অমগীদমক্তা চংথোকখরে হায়বহু হেক তারবদা লমবু অহু মাগী মখুত্তা পাইরিবা চৈশু অহুনা লৈমাইদা পোপ, পোপ, পোপ থারহুনা শাওনা হায়রকখি— করি, লমবু ঐনা হায়খিবা, চেনখিবা পাওবু থৌ-র। শাদবা মহাক অহু, লমবু ঐবু করি ওইনা খল্লবরা? লমবু অহু য়াম্না শাওখরে হায়বা অহু কোথ্ম্না খঙলবদা মহাকস্ পাখৎপা অমা ওইনা লৈখিরমই। অহুবু লমবু সাহেব অহু শাওনা শাওনা কোথ্মগী ময়ুম তম্না লাকখিরমই। লমবু সাহেব অহুনা কোথুমগী ময়ুমদা হেক য়ৌখিবদা কোথ্ম্না লমবু ফম্নবা ফক থাখি। লমবু সাহেব ফক অসিদা ফম্বীয়ু হায়জরুরবদা লমবু অহুনা কোথুমদা হায়রকখি, ফক অহু য়ুংনা থাও কোথ্ম্না ফক অহু য়ুংনা অমুক থাখিরমই। লমবু সাহেব ফক য়ুংনা থাজরে ফম্বীরো হায়জরুবদা ফক অহু ফৈনা থাও হায়রুনা অমুকস্ লমবুনা শাওনা অমুক

হায়রক্লবদা কোথুম্ ফক অদু ফৈনা অমুক থাজখিরমই। ফক অদু ফৈনা থাখিবদু উরবদা অমুকস্মু চেপ্পা থাও অস্মুম্মা অমুকস্মু হায়রক্ল-বদা কোথুম অদুস্মু মাগী ৱাথলদা শাওনিংবা লাক্লদুনা মরিং লোম্মা 'অসি লমবু অসিস্মু ৱা য়ামনা পেৎমল্লীদা' অস্মুম্মা মতোমতা ঙাংজ-খিরমই। কোথুম্মা মরোন্দা ঙাংজখিবদু লমবু অদুনা থরা থরা ভাবগুম্মা শাগিন্নরদুনা করি হৌজিক নরোন্দা নংনা ঙাংখিবদু করিনো? লমবু ঐগী ফম মাংবু পল্লগা চৈখিবা নত্রা? ঙসিদগী নখোয় লমগী পাট্রা ককথংলুরা? অস্মুম ঙাংন ঙাংন লমবু অদু ফক মথক্তা ফমথখিরমই। কোথুম্মা পাখৎচরি-মরমদি ঙসাই মেখিলনস্মু অদুক ফজনা শিন্নরম্লগা লমবু শাওখিদুনা লমগী পাট্রাদা অকায়বা লাক্লগনি?

হৌজিক্তি লমবু সাহেব অদু শাগেরম্বদগী থরা অমুক ইংথ-রক্লদুনা কোথুমদা অস্মুম্মা হায়রকখিরমই—কোথুম, কোথুম ঐগী চাক য়েনশাং থোরাং তৌদ্রিবরা? ঐহাক নখোয়গী চীংশাংসি কারকপদা চাক য়াম্না মাল্লক্লে। য়েনশাংদি নখোয় খুলসিদগী খাই-দগী হেন্না চাওরবা য়েনবা অমা থল্লগা হাৎলু। কোথুম্মা সাহেব অতৈদি থোরাং তৌজবা লোয়রে। য়েনশাং অদুদি য়াম্না থুনা থোংনবা তৌজরগে। য়েনদি ফারত্রা হংখিবদা ফাজদ্রি হায়রবদা লমবুনা কোথুমবু খুলদুগী য়েন ময়ামদু মাগী শুম্মাংদা চেং চায়হন্দুনা লোয়না কৌথোকহনখি। লমবুগী য়াথং মতুং ইন্না কোথুম্মা মখোয় খুলগী য়েনয়ামদু অমত্তা ফাওবা চিৎথা-নাম্ববা লৈতনা কৌথোক্লবা হোংনবদা কয়ামুক ৱাজখিরমই। মরমদি চীংগী

লমগী মরমদগী লমবু হায়বা ফমথোন অসিনা অরোইবনি। লমবু মশামক্তা কোথুমনা কৌথোরকখিবা য়েন ময়াম অদুগী মরক্তা মশানা অপাম্বা য়েনবা অমা মথুৎনা থিনখিবদুমক কোথুমবু ফাহনখিরমই। লমবু সাহেবনা চানিংহুনা ফাহনখিবা য়েনবা অদুদি খুলহুদগী খ্বাইদগী হেন্না চাওরবা কোথুমগী য়েনবা অদুমক ওইখি। অদুবু লমগী মরমদা ওইবা অচৌবা মীওইনা চাগে হায়খ্রবনিনা মদুমক পীজদবা য়াত্রবনিনা কোথুম্না মাগী য়েনবা অচৌবা অদুবু ফারহুনা হাৎলগা য়াম্না থুনা থোংনবা হোৎনখরে। অশোমদনা কমদৌরি লমবু অদু চাক লামলে, চাক লামলে চাক য়েমশাং লোয়শিন্দ্রীবন্না হায়না কোথুমবু পংথৌদা থৌখি। লমবু মশামকসু খঙলিবনি য়েন অদু হৌজিক্তা ফাখিবদা ঙায়রিবনি, থোংবা ফাওবসু হৌখিদ্রি হায়বসু খঙলিবনি। অদুবু চাওরে মতিক নত্রগা চানিংমনবগী মতিক নত্রগা উখ্রগনি নংহৌররোই হায়বগী মতাগুম্না পংশাওদা শাওগৎলবপগা লোয়ননা ঙাংলকখি, চৎলনি হৌজিক ফাওবা থৌরাং লোয়দ্রবদি, অচৌবা অমা লাক্লগনি খঙন খঙন মাংজোননা থৌরাং লোয়রমদবদি নখোয় ঐবু থৌব্রা শাদরে। ঐ চৎলগনি নখোয়গী মেথিল অদুদা তম্লমউ, ঐ লাক্লগা শাগনা হনখ্রবনি হয়েং ঐগী লৈকমদা লাক্তবা য়াদে হায়রম্মুকো। কো .ম, লমবুনা হায়রকপা অদু তাবদা কিবোই লাকপোই তৌরগা লমবু মনাক্তা চংলক্তুনা য়াম্না কন্না হায়জহুনা অশাওবা অদু নেমথনবা হোৎনজখি। লাইনা শিনবা হায়বহুরা য়েনশাং অদুসু চীংগী মৈচাক ফরবা শিংগাইবাক অদুনা ফজনা নীংথিজনা চাকথৎলক্তুনা য়েনশাং

ভ্রু য়াম্না খুনা ব্রোং ব্রোং শৌগৎলকখি। মখোয় অনিনা অশাওবা অদু থেম্নরিঙৈদা য়েনশাং অতুসু য়াম্না খুনা মুনশিল্লমখি। লমবু অতুনা অয়োবী থানা শাওরম্বা অদু কোথুম্না থেমজিনখিবদা ইংথরক্লবদা। কোথুম্না পরপ পরপ চেনশিনখিদুনা য়েনশাংদু য়েখিবদা য়েনশাংদু ফজনা মুল্লম্বদু উরুবদা কোথুম য়াম্না হরাও-জখিল্লমই।

ওন্থোক্পা হায়বতুনি অচাকপা মৈরিদা থাও হৈজিনবগা পাংখক ওইংগদৌরি। মরমদি মখোয় অনিনা অশাওবা থেম্নরিঙৈদা য়েংশাংদা থুম-মোরোক থাকখিবা থাকখিদবা খঙহৌদদুনা কোথুম্না উ মোরোক অশুবা অদু হুঙিন্না হাপচিনখরে। ঙাইহাক্কী মমাং-দম্ব শাওগৎলম্বদু উচিন-নাচিন্না থেনজীন্নরম্নগা হুরেল য়েঙ্শাং মতুংগী মতাংদা করিনু ভমক থোক্লগবা। কোথুম্না চাক য়েঙ্শাং খিদোন্নহুনা লম্বুগী মমাংদা পুখোরকখি! লম্বু অদু চাক য়েঙ্শাং উবদা মাচন্না শোল্লকখি— ওঃ মেথিল তাদু লৈজরম্নবদি কয়াদা নুংঙাইজরমগদ্রা, পুন্না চামিন্নরবদি কয়াদা হরাংজগদ্রা? অতুবু ফবে কোথুম মেথিলদু থবক অমগীদমক্তা চৎথোকখ্রবসু য়েঙ্শাং অথো বা অদু তজ্বায় তমা থায়দোক্লগা! মাগীদমক্তা থমজীল্লু। লম্বুনা হায়রকপা মতুং ইন্না কোথুম্না য়েঙ্শাং অথো বা তংখায় তমা থায়দোতুনা মেথিলগীদমক্তা থম্মীখি। লম্বু সাহেব চাক চা-থোকপারো হায়না কোথুম্না হায়খিবদা ঐস্ব চারগে হুরেল ঐনা পুখিনবা য়েন অমখক্তংগা ফারুরো হায়না কোথুমবু থাখি-রমই। কোথুম য়েন ফানবা চৎখরে, লম্বু চাক চাবা হৌরে। লম্ব চাক য়েঙ্শাং চখোম মরি মঙারক্তং হুকচিনখিবগা য়েঙ্শাং

অতুদি থুমদি য়াওদ্রতুনা মোরোক শাখিবনা চাবা ওদরে। চাক লাম্মনখিবনা পরপ পরপ চাশিল্লুবদা মোরোক শাবা শাদবা খঙ-হৌখিদে। অতুবু মমৈথংদদি চাখিবা শরুক অতুনা মোরোক শাগৎলক্লবা অতুদদি মহাক অমুক মৈ হৌনা শাংবা হৌরক্লে। কাথুমদি য়েন অমা ফারুদুনা পুরগা লাক্লে, কোথুম্না লাকপা উরমক্তা লম্বু অতুনা শাওমনখিবগী মৈচাক্লে, য়েঙ্গাং মোরোক শাবগী মৈশানে অনি পানখিবদা ৱা ঙাংবা ঙম্বগী শক্তি য়াওদবা মখে মপী জর, জর শিন্থনা লৈরমখিবতু উরুবদা কোথুম পাখৎখি। কোথুম্না লম্বু অতু য়েঙ্গাং মোরোক শামনখিবগী ওইরে খঙলবদা মানা নমখিবা ৱায়য়ু উতোং অতু তোংজৈ থিং-জিন্দুনা লম্বু অতুবু থকহনগে হায়না পুশিল্লখি। লম্বু মুপা অতুনা য়ু উতোং অদু ঙম্বমখে চিংশিনখিরমই। ৱা ঙাংথোকপা ঙমদবা মখে শারম্বা মোরোক অতু ঙাইহাক্কী মতুংদগীদি নেমথরকখিতুনা লম্বু অতুগী মশা অতু নেনা তারকখি। লম্বু অতুনা য়েনশা অথোংবা য়েঙ্গাংদা অমুক য়েং কোথুমদা অমুক য়েং, অমুক চাখিসিরা হায়রবস্থ মোরোক শাগদবস্থ অমুক কি, চাদনা থনমখ্রসিরা হায়-রবস্থ য়েঙ্গাংতু অমুকস্থ পাম্মুবা। ঙাইহাক্তি লম্বু অতু খঞ্জান্নখি। অতুবু উপায় লৈত্রবদা মানা চাবগী অরেম্বা য়েঙ্গাং অতুস্থ মেথিলগী শরুক্কি হায়না কোথুমবু থমহনখি। কোথুম্থ চাথোক্লো হায়দোক-দবা অতুস্থ পাম্মুতুনা মঙোন্দা হঞ্জিন হঞ্জিন্না শাওজিনখিরমই।

লম্বু অতু চাকচা তোকপগী ঙাইহাক পোথারম্নগা মাবু খুলগী পম্থোং ফাওবা থিন্দোকক্লো চৎলগে হায়না কোথুমদা হায়খি। কোথুম্না ওসাই লম্বুগী ময়ুমদা পুখিনবনি হায়ত্থনা

ফারুরিবা য়েন অতুদি মেথিলগী য়েন ওইরমখি। য়েন অতু পুনবা য়েন পোলাং অতুসু খুদক্তো শারতুনা য়েন অতু পোলাংদা ফজনা হাপ্লতুনা শেম শাখরে। লম্বু অতু চংকদবগী হৌগংলতুনা মানা ঙসাই লাকখিবা লম্বী অতু মাইকৈ তম্না চংপা হৌরকখ্রে। কোথুমসু ঙসাইগী য়েন অতু পুরতুনা লম্বু থিজ্জোকপা পম্বোং ফাওবা ইন্নরকখি। মখোয় অনি অতু খুনগী পম্বোং অতু য়োৗরক্লে। লম্বু অতুনা কোথুমসু নহাক লৈহৌরো ঙসাই ঐনা পুনবা য়েন অমা থোৗরাং তৌ হায়খিবতু পুরকপর। হায়না কোথুমগী মমাই-মক্তদা ওনশিল্লক্তুনা হায়রকপদা কোথুম্না মথুক্তা পায়রিবা য়েন পোলাংতু সে লম্বু সাহেব য়েনতু পুজরকই হায়না পীরুবদা লম্বুগী মখুৎনা য়েন অতু পাইদ্রিঙৈদা মমীৎনা মুন্না য়েন অতুবু য়েংখি। তাঙা অতুদা কোথুমসু লম্বু অতুবু মমাইদা মুন্না য়েং-শিল্লতুনা মরিং লোন্দা "লমপু আরি কাই মেথিলনকখি মাল্লেসো, মেথিলসে খৎনকশিলৈশো" হায়না মরিং লোন্না ঙাংখিবদা লম্বু অতুনা করি মেথিল হায়বা অসুম্না খঙশাও শাওগৎলগা য়েন অতুদি পুদনা কোথুমগী মকোক্তা হাপ্লীবা শমপ্রেৎ অতুবু ফৎ হেক মুন্দুনা য়াম্না য়াংনা চেনখরে। কোথুমগী মকোক্তা হাপ্লীবা সমপ্রেৎ লিক অতু লম্বুনা মুনথোকপীতুনা চেনখিবতু লাওন্না লাওরতুনা লম্বু অতুবু তান্নহৌখি। কোথুম ফন্না কন্না তান্নতুনসু লম্বু অতুবু তান্নবা ফংখিদ্রে! মানা তান্নবা ফংদ্রবদা মহাক মথন্নাই সুংঙাইতনা লমখাংদগী ময়ুম তম্না কোথুম হল্লকখরে।

লম্বু অতু কোথুম্না তান্নরকএ খঙলবদা তপ্না তপ্না ঙসাই

মানা মাগী মফী-মরোল হাপ্লগা থম্লম্বা মফম তানা চৎখরে। কোথুম্না মাগী শমপ্রেৎ লিক লাকখিবসিদি ল কচৈদা, লাকচৈদা শোল্ল-শোল্লহুনা ময়ুমদা ইশুক শুকথরহুনা লৈরি। লম্বু শহু ঙসাই মানা শেৎখিবা ফীরোল অহু অমুক হোংগ্রগা মখুত্তা খাও অমা পায়রহুনা কোথুমগী শমপ্রেৎ লিক অহু পুরহুনা ময়ুমলোমদা হল্লক্লে। মানা খুন হেক য়োৌরক্লগা মানা পায়রিবা মখুত্তগী খাও অহু ময়ুমদা থুনা য়াংনা থম্লম্লগা থোরকখি। মানা কোথুমগী য়ুম তম্লা লাক্লহুনা কোথুম্বু শাওনা হায়রকখি— কোথুম নহাক অসিদি ওম্থোক্লা মথোং চাদেদা নহাক্লা লম্বু অহুবু করি করি হায়বীরুবনোনে? লমখাংদা য়াম্না শাওনা লাকপহু ঐগা থেংন- হৌহুনা ঐনা থেল্লগা চৎহনখে। নংগী হৌনবা অহু তোরমগন্নুকো হায়না হায়না হেক করি তৌরম্বগীনো? ঐনবু থেংনহোড্রবদি ঐখোয় খুলগী লম অসি করি ওইরমগদ্রা? মেথিলনা হংখিবদা কোথুম্না অম্মুম্না খুম্লকখিরমই আঃ মেখিল নংনা চৎলমদাইদা য়াম্না লুনা শিন্নরম্বনিনা ঐস্নু য়াম্না নিংখিজনা হোৎনবনি। নংস্নু লৈরমদে হায়না শাওগৎখিবদগা উচিন নাচিন্না থেমজিল্লে। অহুদগী অমুকস্নু চাক য়েঙ্গাং থুনা থোৗরাং তেরো হায়রে! য়েঙ্গাংদি ঐখোয় খুলদগী খ্বাইদগী চাওরবা য়েনবা অহুবু চাগনি হায়রে। মহুদা ঐগী সুম্মাংদা চেং থারহুনা খুলগী য়েনশিংহু লোয়না কৌথোক্লে। ঐনা কোথোকপা য়েনশিং অহুগী মরক্কগী খ্বাইদগী অচৌবা ঐগী য়েনবাহু চাগে হায়রে। মহু ঐনা য়াম্না ৎনা ফারদনা হাৎলগা থোংনবগী শেম শারিডেদা চাক য়েঙ্গাং পুথো-

রকক্লো করিগ দমক্তা মাংজৌননা থৌরাং তৌরমদবনো ? ঐ চৎলনি নখোয়গী খুলগী লম পাটা অদুগী মরমদা নহাকপু হয়েং মাগী লৈফমদা লাক্কবা য়াদে হায়রে। ঐহাক য়েঙ্খাং অদু পরপ-পরপ থোংগৎলম্লগা মাগী শাওবা অদু ঐগী ঙমজবী থানা থেমজরবদা উচিন-নাচিন্না মাগী শাওবদু হন্থরকখিবদা ঐস্থু য়াম্না হরাওখি। অদুদগীদি য়েঙ্খাং অদু ঐনা য়েংলুবদা মুল্লগা লৈরম্লে। অদুবু ঙসাই মাবু থেম্না হোৎনরিঙৈদা য়েঙ্খাংদা থুম মোরোক থাকখি থাকখিদে কাওখ্রদুনা থাকত্রিবোই নিংদুনা ঐনা উ মোরোক অস্থুবা অদু অমুক থাকচিল্লুরে। অথোংবা য়েঙ্খাং অদুগী অংথায় অমস্থু নংগী শরুক্কী হায়না খায়দোক্লস্বনি। আইঃ মেথিল ঙসিদি ঐদি লু কোকপগী মথক্তা লেন তাই হায়নবগুম্না থোকখরে। মানা চাক চাবা হৌদ্রিঙৈদা ঐবু অমুকস্থু ময়ুমদা পুখিনবা য়েন ফারুনবগী থাখিবদা ঐদি য়েন ফানবা চৎখরে। মাদি চাক চাবা হোরবা জাৎনি। মাদি লাম্মল্লবদুদা পরপ-পরপা চাক অদু চারুরবা মাল্লে। খরা চারগদি য়েঙ্খাং অদু মোরোক্তু অয়ৌবীদা শারগা থুমদি থাক্লমদ্রব ওইখিবনা মহাক অদু ৱা ঙাংবা থোক্ক-বা মথৈ মমীত্তা মপী শিন্থরগা লৈরম্লে। মদু উরুবদা ঐনা ৱায়য়ু উতোং অনম্বা অদু পরপ-পরপ পীথকপীরে। অদুক ৱানা ফজনা ঐনা হোৎনবীরগা পম্থোং ফাওবা মাবু থিন্দোকপীয়ু হায়-বদগী থিন্দোকলুবদা মহাক অসি নহাক্কা মান্নখ্রেদা হায়জরুবদা মানা শাওরদুনা ঐগী কোক্তুগী ঐগী শমপ্রেৎ লিক অদুবু মুল্লগা চেনখিবনি। মহাক অদু ফৎখিদ্রেদা। মাবু শাওখিদনবা

ঐনা কয়াদা থরাই রানা হোৎনজরুরগা ঐগী শমপ্রেৎ মুনবা মহাক অহু ফৎখিদ্রবা লম্বুনি। অসুন্না মানা লিশাংশিংনা পাও দমখি। পুন্নমক অহু তারবদা মেখিলনা হায়রকখি—কোথুম নংগী শমপ্রেৎ লিক অহুসু ঐঙোন্দা য়াওবা লুপা ৫০ না হন্দোক্লগা পুরকই। নংনা এগী অচংবা লুপা ৩০ অহু হনজিল্লকউ অহুগা নংগী পোৎ অহু লৌশিলো। ফরে, ফরে, নংনসু মুংঙাইতবা তৌরুরনু লুপাবু তিংলবসু পোৎ অহু ফংহৌবসি লাইবক ফরবনি। ঐনা ঙসাইসু হায়রম্বহুনি লম্বু অহু য়াম্না শাওগনবা মীতানি হায়রম্লেদনা। মাবা ঙসাই ঐগী য়েঙ্খাং শরুক খাক্লমই হায়বহু ফরে ঙসি মুংদাংগী নং য়েঙ্খাং থোংলুরনু মহুবু চারো। কোথুমনা মহু তারবদা হাইঃ মেথিল ঐবু চারো হায়না থাক্লম্বা নত্তে নহাক্কনি হায়না শরুক তম্লম্বনি নংনা পুরো ঐদি চরকোই। মেখিলনা কোথুম অসি শাওখ্রবা মাল্লে থল্লহুনা, ফরে, ফরে অহুদি ঐখোয় অনি পুন্না চামিন্নরসি, ঐদি চাকপু লামদ্রেদা, ঐগী মরুপ অমনা য়ামনদ্রহুনা মখোয়দা চাথোক্লগা লাক্লবনিদা। কোথুন্না ইচম হেক চম্না ফরে অহুদি ঐগী চাক শরুক অহুবু ইবানি চামিন্নখ্রসি, ঐসু ঙসাইগী থৌদো অহুদা চাককা চানিংবসু পোক্রবনিদা। অহুবু ওইরবসু ইবানি থর-থরা চাথোকমীন্নখ্রসি হায়রহুনা কো-থুমগী চাক শরুক অহুসু মেথিল য়াওনা চাথোকপীখরে।

ইচম চমজখ্রবা কোথুম্না লোয়জবা য়েনবাসু কল্লক য়েংখিরগা মেথিলনা চাথোকপীরে। অহুগা কোথুমগী অশেংবা লল অহুবু মপুদা অমুক য়োনবীরগা লুপাসু লৌথোকপিখি।

## অনিশুবা তাক্ক

মেথিল কৌবা মুপা অসি অতনবা মী ওইবা মরম্মা নোংমগী মুমিৎ তাবা কাওবা ঙায়বদা খাংবা কয়াদা রাজপ্রবনো। অদুগা কোথুম হায়রিবা মুপা অসিদি থবক শুবদা নোংমগী ওইবা মুমিং তাখিবনা হানখ্রগনি হায়বগী পাখৎচবা মুপা অমনি।

নোংমগী মুমিত্তদি কোথুম য়ুমদা লৈরগা শুজবা য়াবা থবক্ক শুবা ওইনা ফোরা অমদা ফো মুংশাদা ফোদুনা লৈরমই। মছাক ফো ঙাকপা ওইনা মখুৎস্থ লেপ্তে পৈয়া ইৎপা থুম্মোক শাজবনা মীৎকুপ খরদং ফাওবা লেপচনিংলমদে।

মতম ঙাইবদা রাজখ্রবা মেখিল অদু মতম লেনফম খঙদ্রদুনা কোথুমগী য়ুমদা লাকুনা মখোয় অনি অদু করিগুম্বা থবক অমত্তং চৎমিন্নরুসি হায়না য়াম্না কন্না হৌখিরমই। কোথুমস্থ মানা কন্না হৌমনখ্রবদা হোয়নে চৎলুশিনে অহবু কদাইদা চৎশি হায়রিবনো? অস্থুম্না হংখিবদা মেথিলনা কোথুম্না হন্দক মরক অসি য়েঙ্গাং হাওমনদবনা চাক চাবা ইয়া য়াদরে। হন্দক মরক অসিসি মৈকোক্কী হানৌ অনৌবা চোংলকপগা লোয়ননা নোংস্থ খরা তাখরে। অদুনা 'শফু' মথুন চংলমলগনি ঙসিদি ইবানি তানবা চৎলুরসিনে। ঐস্থ থবক্তি য়াম্না চিল্লি চিল্লবস্থ চিল্লা লাইবক য়েংলুরসি।

কোথুম হায়রিবা মুপা অসিদি চীংমীমক ওইজরবস্থ 'শফু' হায়বা শা অসি করম্মা তানবনো করম তৌবা শানো হায়বস্থ মাদি মপোক্কী ওইনা খঙজদ্রিবা মরম্মা মাস্থ হরাও হরাওনা ফরে

চংশিনে হায়না য়াখি। কোথুমস্সু চংশি য়াৱবদা মেথিলন ফৱে অদুদি কোথুম নহাক লাক্লো ঐ য়ুমদা লৈরম্লগে। অদুগা নহাক শম অমা, য়োংপাক অমা, তোকশু অমা অমস্তুং থাং অমা লোয়-নৱকউ, অস্তুন্না হায়ৱম্লগা মেথিল ময়ুমলোমদা চংখ্রে। কোথুমস্সু মেথিলনা হায়ৱম্বা খুংগু-খুংলাইশিং অদু থৌরাং তৌরি। মেথিলদি অতৈ করিস্সু পুননবা লৈজদ্রদুনা শম অমগা থাংজো অমগা থৌরাং তৌরদুনা কোথুম লাকপা ঙাইরম্মী। কোথুমদি মাগী মপোং-মচৈ পুরদুনা মেথিলগী য়ুমলোমদা চংকদবগী লাক্লে। মখোয় অনি হৌনরদুনা উমং তম্না শফু খিবা চংখি। মখোয় অনি উমং মচিন য়োরে। মখোয় অনি খাইদোক্লরদুনা থিৱসি হায়না মেথিলনা হায়বা মতুংইন্না খাইদোক্লৱগা খিনখি। কোথুমদি মংগুম্বনি মফম মরাং, মঙংস্সু করিমত্তা খঙদনা পংথিদা থিবা হৌৱকখি। মেথিলদি মহৌশানা মরম, মঙং ফজনা খঙবনিনা খৱ থিক্লৱবা মতুংদা হুমিংতুগী হুমিদাংদা চংখিবগী খোংগুল তাবা মথুল অমা থেংনৱবদুদদি কোথুমবু কৌথিৱমই। মানা কোথুমবু থেংনৱবরা হংখিবদা কোথুম্না থেংনদে অস্তুন্না খুম্লক্লবদ। ফৱে অদুদি অশোমদা লাক্লো ঐনা অমা ফংলে। মেথিলনা শফু শা চংখিবগী মথুল অমা ফংলে হায়ৱবদা কোথুমস্সু পরপ-পরপ্পা লাকখি। শফু মথুলগী মনাক্তা মবানি উনরে। মেথিলনা কোথুমদা অস্তুন্না হায়খি—মেথিল শাফু অসি নহাক্না কংননবা তানহৌরো ঐগীদি য়োংপাকস্সু, তোকশুস্সু য়াওৱকহৌদ্রবনিনা নংনা তানহৌরো। ঐদি উপায় লৈত্রে য়ুমদা হল্লগে। অস্তুন্না মেথিলনা কোথুমদা হায়খিবদা

কোথুম্না খুম্নকই – মেথিল নংগী য়াওরকত্রবস্‌ ঐগী য়াওরিবসিদি, য়াদে নং য়ুমদা হনখিগনু। ঐখোয় অনিনা পুন্না তানমীগনি। কোথুমগী ৱা অদু তারগা মেথিলনা – আঃ কোথুম শফু অমা অদুবু করম্না মী অনিনা তানগদগেনে? চৎলে, চৎলে নংনা অদুম তানহৌরো অম্নুম্না হায়রম্লগা মেথিল ময়ুমদা হনখরে।

কোথুম হায়বা মুপা অসি পংজরবস্‌ হৌখিবা থবক্তি ময়েক শেংদনা তোকপা হায়বসি মাগী হৈনবী। হায়বদু নত্তবা মরম্না মেথিলবু খাম্বা য়াত্রবস্‌ মহাক শফু মখুল অদু কম্না তানবা হৌখি। মহাক ফনা কম্না মুংশাগী মৈশা মরক্তা লৈপাক তৌখিবদু মাগী মবেপমুক লুরবা ফাওবদা শফু অদু ফংবা কৌবা লৈতবনা মহাক পে ৎথা পোত্থরদুনা তানখি।

লাইবক ফবা হায়বদুনি ভাইহাক পোত্থারুরগা অমুক তাম্থ-খিবদা শফু অদুগী মমৈদু উবা ফংখি। কোথুম ভসাইগী হুমাং তাবমখৈ ৱাখিবা অদু শফুগী মমৈ হেক উরবদা অৱাবা পুম্নমক পুমকোক কোকখিরমই। মহাক হবাওরে, শফু অদু মাগী য়োৎ-খোক্না মকোক্তা থারদুনা হাংতোক্লে। মহাক হৌজিক্তি শফুস্‌ ফাবা ফংলবনিনা মফমদুদা ভাহাকুং পোত্থারম্লগা ময়ুমদা হল্লকখিরমই। কোথুম ময়ুম য়ৌখরে। ময়ুম হেক য়ৌরক্লুনা মাগী মপোৎ মচৈ পুম্নমক অদু থনম্লগা মেথিলগী য়ুমদা লাক্লদুনা শফু মকু করম্না খোক্কনি হায়দুনা হংলখি, কোথুম্না য়াম্না হৱাওজবগা লোয়ননা শফু ফারক্লে মেথিল ভসিদি হাওনা চামিম্নরসি হায়না হৌজখি। অদুবু মেথিলদু কোথুমনা হায়জবা ৱা অদু অমুকস্‌ অখেৱা

তাহনখি। কোথুম শফু অমথক অদুবু করম্না ঐখোয় অনিনা চাগত্রা অতুগীসু মথন্তা নংনা হুইং তাবা মথে ৱানা তাঙ্গরগা ক্বাজরকপা অদুবু ঐনা করিগী চাবা য়াওদে রিবনো? নহাক শাওরুগনু নহাক অদুম চারো। অদুগনে শফু মকু খোকপা অতুদি ঐনা তাক্লগে।

ইহান হানবদা নংগী য়ুমগী থোংজাও, মনিংথোং অদু মমুং-লোমদগী পুনাশিং, পৌরোনশিং অদু চেংনা থাজিনখরো। অদুগী তুংদা ফুঙ্গা মপাগী নাৎকী ফক্লাং অদুদা শফু অদুগী মকোক লোনথোকখিবা হায়বদি থিন্দোকখিবা। চনবা ফাওবদমক চপচানা হুন্তোক্লো। মদু হুন্তোক্লবা তুংদা ফুঙ্গা অদুদা মৈ হোৱো। নংনা হোৎলবা ফুঙ্গাগী মৈ অতুদা শফু অতু লোরে। মৈদা লোথোক্লবা শফু অতু মকোক্লোম্না হান্না ঙসাই নংনা নাৎকী ফক্লাং হুন্তোক্লস্বা অতুদা থিন্দোক্লগা নঙোনলোমদা অমুক চিংশিল্লু। অস্নুম্না মৈদা অমুক লোথোক, অমুক মথুন অতুদা থিন্দোক থিঞ্জিন তৌরগা মরি-মঙারক্তুং তৌবদা শফু মকু অতু খোক্লক্লগনি। মকু অতু খোকপা লোয়রে হায়রগা শা অতু শেমউ। নংনা য়ুমগী ইমুংলোমদগী পৌরোন থাখিবা অতু মকু খোকপা লোয়রগা পৌরোন শৎকদবনি, চৎলো নং থেংলগনি। অস্নুম্না মেথিলনা কোথুমদা জ্ঞান-তানা তাকপীখরে। মানা তাকপীখিবা অতু তাগ্রবা তুংদা কোথুম্না ফরে অতুদি মেথিল ঐ য়াম্না থুনা পরপ পরপ তৌক্লরগে। নংগীসু য়েঙ্গাং শরুক তম্লক্কনি ঙাইরমখোকো। অস্নুম্না হায়রম্লগা কোথুম য়াম্না থুনা য়াংনা ময়ুমদা লাক্লে।

কোথুম ময়ূম য়োরক্লে। মেথিলনা তাকপীথিবা মওংশিং অদু কায়হন্দনা শেম শাখরে, থোংশিংসু পৌরোন থাখরে, নাংকী ফক্লাংদা শফুদুগী মকোক অদু চনবফাওদা হুৎথোক্লে। কোথুম ফুঙ্গাদা মৈ ঙরং ঙরং হৌগৎলক্লে। চীংগী য়ুমশিংদি নাৎকী ফক্লাংনা চৎনবী ওইবনা কোথুম্না ইমুংদা মৈ ঙরং ঙরং হৌখিবা অদুদি মেথিলনসু মপাল্লোমদগী উখরে। মেথিলনা কোথুমগী য়ুম অদুগী মথকথংবা শাইডিন নপ্পা লৈখরে। কোথুম শফুদু মাগী শম মন্নুংদগী লৌথোক্লদুনা মৈনুংদা প্রোক প্রোক লৌখরে। মেথিলসু কোথমগী শফু অদু মৈদা লৌখরে খঙলবদা ষন শারগা ওক্নী মওংগুম্না মচীন্না ওক, ওক, ওক থোংলদুনা কোথুমগী ফুঙ্গা তম্না চংশিল্লকখি। হৌজিক্তী কোথুম শফু শাগী মকু খোকপা হৌগ-গদৌরে। চাক্লীবা মৈরীদগী অরৌবা শফু অদুগী মখোং অনিদা মখুৎ অমমম্না পায়রদুনা শফু মকোক অদু ফক্লাং অহোংবদা থিন্দোকখি। শফু মকোক্তুনা অহোবদা থিন্দোকখিবদা জর জরু চৎথিদুনা মথুনফাওবা চৎখরে। কোথুম মতোমতনা ৱা ঙাংজখি— হাই মেথিলনদি চপ চানা কোমহন্দনা মখুল হুৎলু হায়খিবনি অদুবু কোম্মনখ্রমাল্লেদা। মহাক ৱা ঙাংনা ঙাংনা মানা পাইরিবা শফু অদু অমুক মঙোনলোমদা চিংশিল্লগে হায়না মখুৎ অনিন্না চিংখিবদা খজিক্তংফাওবসু চিংশিনবদা চংলকউ য়াদ্রবদা মহাক হৌজিক্তী লেপখৎলগা নোম্থরদুনা মথা চিক্লগা কন্না চিংলি। অদুবু হান্নগী মওংদগী খজিক্তংফাওবসু চিংশিনবা ঙমখিদরে। মকনথি থোক্লা চিংলগে তৌরবসু য়ুমগী ফক্লাং অদু মঙোনলোমদা হাই-

থৱকখি।, লোয়রে কোথুমদ্ অচাকপা মৈরি মনাক্তগা ওইরে, মশাগী হুম্মাংনে, মৈশাগী হুম্মাংনে মশা অদ্ শিনবা থুংনা পুমচোৎ চোৎলে।

মেথিল অদু কোথুম্না ফক্লাং অহোবদা মকোক থিন্দোরক-খিবা শফু অদুবু যনশানা য়েংহনা লৈরি। মেথিলগী পুকনুংদা শফুগা ৱারী শানরি। ইতাও শফু, কুইরেদা ঐনা নংবু ঙাই-জরম্লীবসি, ঐদি নহাকপু ঙাইজবদা কাংনা চীকপনে, হুইরীনা ইশাশে হাক্চবনা লোয়রে। মতাও মেথিলগী ৱারীদু তাবদা শফু অদুসু মপুক্কিং মুংশিরক্লবা মাল্লে মর্মতা ঈরা শিন্থরকপগুম্না মে-থিলগী মমীৎনা - শংশংনা উখিবগুম তৌই। কোথুমগী মশাদা চেন্থরকখিবা হুম্মাংনা মখুৎ অদুনা শফুগী মখোং চেৎনা পায়বা ঙমশিল্লক্তরে কোথুমগী মখুৎনা শফু অদু নিংশিজনা পায়বা য়াদরে খঙলবদা মেথিনগী ৱাখলদা ৱা অগুম্। ঙাংখি — ফবে ঐগী ইতাও মুংশিজরবা শফু ইবানি ঐগী য়ুমদা চৎলশিকো হায়না হেক মখুৎ অনি অদুনা শফু অদুবু পল্লগা ওক, ওক, ওক খোংল-খোংহনা চেল্লকখি। খরা চেল্লবা তু'দা অমুকসু চুয়, চুয়, চুয় হায়না মেথিলগী মচিন্না ওক তানখি। শফু অদু ওরা চেনবীখরে মেথিল নংনা ওক্তগী মুনবীরমমো, মুনবীরম্মো হায়না মাগী ইমুং-দগী লাওর-লাওরহনা মানা ঙসাই ইমুংলোমদগী থাখিবা পৌ-রোনশিং অদু শৎনবা হোৎনরিঙৈদা মেথিলদি শফুগা পুন্না মাগী য়ুম য়ৌখিরল্লে। মেথিলনা মাগী শুম্মাংদা থোরক্লগা হায়রকখি— কোথুম নংগী শফু অদু ঐনা ওক্তগী মুনহোরে, নংবু করম হায়না

তৌবদগী ওকপু লেহনখ্রিবনো? অসিদা লৈরে লাকও নংগী শফু অসি লৌররো। অদুক য়ানা মুংশা মরক্তগী তাল্দুনা কারক্লগা অরেম্বদা ওক্কী চীঙ্গাক ওইরমগনিদা। নহাক ঐনবু ফম্না কম্না চেল্লদুনা ওক্তগী তাম্নহৌরগা মুনহৌদ্রবদি নং অরেম্বনা তাজরম-গনিদা। মেথিলগী য়াদু হেক তারবগা কোথুম হৱাওখিবদা করিবু হায়রুরগনি। ঐস্মু ওসাই নহাকনা তাকপীখিবা মওংশিং অদু করিমত্তা কায়হন্দনা হোৎনজবনি। অদুবু ঐনা শফু অদু মপান্দগী মন্নুংদা চিংশিনগে হোৎনবসি হোৎনবসি, অদুবু শফু মকুশিং অদুনা নাৎকী ফল্লাং মচিশিংদা পনখিবনা চিংশিনবা ওমখিদবদা ফম্না কম্না চিংশিনগে হোৎনরিঙৈদা য়ুমগী শাইজিন্দা ওক অমা ফুঙ্গা মপাদা খোংল খোংলগা চৎখি। ঐস্মু অদুম্না চেনগনিদি খল্লুদ্রদুনা ওক অদুস্মু তানথোকহৌদরে। মমৈথংদদি মানা হেক্তা চেল্লগা পুখিবনিনে। মেথিলনা ফরে মদুদি নংনা য়ানা তাল্লগা ফারকপা শফু অদু ওক্তা চেনখিদুনা অরেম্বদা তাখিগদবা অদুদগী ঐনা ওক্তগী তাম্নরগা মুনহৌরবনিনা ঐস্মু য়াম্না য়ারে, ঐখোয় অনিমক অসি লোয়না য়ানরে, নংনা ফংনবা তানবদা য়াখিবা অদুগী অহামল অদুগা ঐনা ওক্তগী মুনহৌনবা তাম্নবদা য়াখিবা, ইবানি চপ মান্নরে। হৌজিক্কী য়াবস্মু চপ মান্নখ্রবনিনা শফু অসিগী শাস্মু ঐখোয় অনি চপ মান্ননা য়েনবা তারে। কোথুম্না হোয়নে য়েন্দ্রবদি নংনবু তপহৌরবা, ওক্তগী মুনহৌবা ফংহৌদ্রবা কদাইদগী শফুগী শা অদু চাবা ফংগদৌরিবনোনে। ঐস্মু নংগী নপান্দগী শফু শা অসি চাবা ফংজগদৌরিবনি।

কোথুম্নস্থ য়াখরে হায়বা মেথিলনা খওগ্রবদা মানা হায়রকখি ফরে থোথুম নংদি ঙসাইস্থ মকু খোকনঙাইগী ফন্না ৱাজখ্রবনিনা হৌ-জিক্কী শফু মকু অসি ঐনা খোক্লগে হুরেল খোকপা লোয়রে হায়বা মতমদা শা য়েন্নঙাইগী নংবু কৌরক্লগে। কোথুম্না হোয়নে মেথিল ঐস্থ ঙসিদি ফন্না ৱাজরে হৌজিক্কী নংনা ফনঙাই তৌরো ঐ চংলে, হুরেল লাক্লগে হায়রমতুনা ময়ুমদা চংখিরমই।

হৌজিক্তি তল্লবা মেথিলনা মরম ওকপা কোথুমগী মনা ফংবদা শরুক য়াহৌগদৌরে। শফু অহু মাগী ইমুংদা পুশিল্লক্লে। মানা মাগী ফুঙ্গাদা য়াম্না থুনা মৈ হৌগংতুনা শফু অহুগী মকুশিং অহু থাং অমনা ফজনা খোকখরে। শফু মকু খোকপা লোয়রতুনা কোথুমবু কৌহুনা শফু শা অহু তঙখায় চপ মান্ননা য়েন্নবীখরে।

— — — —

## অহুমশুবা তাঙ্কক

মরিং হায়রিবা জাতি অসিগী মীওইশিংদি কুম্বী কালেন নোংজু-নুংশা হায়বসি লৈতবগুমই, মখোয়গী পুন্সিদা চীংলো, পামলো শুবনা, থুম্মোক, ফিঙালুক শাবনা মখোয়গী মরু ওইবা মথৌ ওইরমই। নোংমদি মেথিলগী মুপীনা মুমিদাংগী চেং চরা অহু করম্না তোগত্রা মাদি থুংলং চংলে হায়রমলগা চংখিরমই। অহুগা কোথুমগী মুপী অহুনস্থু চেং-চারা লৈহোন্দে হুরেন থুংলং কাররুগা শুরগে, ফো অসি নুংশাদা ফোবীরমউ হায়না থুম্মোক অমদা ফো অহু লৌথোকপীরম্লগা থবক শুবা চংখি।

মেথিল হায়রিবা মুপা অসিনা মুংথিল অহু ময়ুমদা ফম্না ফম্না মুমিদাংচুগী চেং চরা অসি করম তৌসিগে হায়না খন্দুনা লৈবিংদা তুম্লিন্দুনা তুনংখিরমই। কোথমদি মাগী মুপীনা ফো পোরমউ হায়রম্বতুদা নুংশাদা ফো অহু ফোরগা মনাক্তা পৈয়া ইংলহুনা থুম্মোক শাহুনা য়েন ডাক্লি। লৌরাংগী মতম য়োশল্লক্রবদা মেথিল অহু তুলম্বদগী হৌগংলগা কোথুমগী য়ুমদা লাক্লমই।

মেথিল অহু কোথমগী য়ুম হেক য়োবগা মানা রাখল অমা তৌরহুনা কোথুমবু থবক অমা চংলুরসি হায়না হেথিবদা কোথুম অহুনা ঐদি ফো অসি কংহল্লমদবা য়াদে। মেথিলনা কংলনিদা হায়রবদা কোথুমস্থু ফো অহু য়েংলবদা লৌশিনবা য়ানা কংলমলে। মেথিল কদাইদা করি থবক চংশি হায়রিবনোনে হায়না হংবদা মেথিলনা য়াম্না অরুবা থবক অমা লৈরে হায়রকখি।

চৎকদবা থবক খসিগীদমক্তা ঈশ্বরনা ঐখোয়গী মংদা করি খুদম পীবরা ঙাইহাক ঙাইহাক্তুং তুম্নগা য়েংখিশি। নংস্সু হৌজিক-মক তুমহৌরো অদুগা ঐস্সু তুমলুরগে হায়রন্নগা মেখিলস্সু মংম-লোমদা চৎখি। অদুগা কোথুমস্সু তুমহৌনবগী হোৎনহৌরে। কোথুমদি করি মং মংবগে হায়রদুনা য়াম্না কন্না তুমথখিবা তাঙ্গাদা মেখিলনা তুমিন্না মেখিলগী মুমদা লাক্লদুনা কোথুম্না হুংশাদা কংহল্লম্বা থুম্মোক্কী ফো অদু পুরদুনা থুনা য়াংনা ময়ুমদা পুরক-খিদুনা থমখিরম্মী। মেখিলনা অমুকস্সু পরপ পরপ কোথুমগী য়ুমদা লাক্লদুনা কোথুমবু তুম্বদগী হৌদোকখি—কোথুম, কোথুম হৌগৎলো থেংলে মতমসি মমশিল্লক্কদৌরে। হৌজিক্তি য়ারে ঐনা ময়েক শেংনা উবা ফংলে। নহাক্কী মংদদা করি উরি হায়রদুনা হংখিবদা কোথুম্না, মেখিল ঐস্সু য়াম্না কন্না মং মংনবা হোৎনবনি অদুবু নহাক্না হেক হৌদোক্লরবদা মংশিং অদু পুমকাও কাওরেনে। কোথুম নহাক্না উদ্রবস্সু ঐনা মংবা মংগী মতুংইন্না চৎথখ্রশি মতমশি থেংজিন্নক্লে মুপীশিংস্সু খুৎলংদগী হল্লকপনা হানখ্রগনি। নহাক শম অমা পুরগা থোরকও, ঐস্সু শম অমা লৌরমগে অস্নুম্না মেখিলনা হায়রন্নগা চৎখিরমই। কোথুমস্সু শম অচৌবা অমা লৌরদুনা য়ান্না থুনা মেখিলগী ময়ুমতান্না লাকখি। মেখিলগীদি মমাই নাকল অনিমক্তা শউন য়াওদ্রবা পুং অমা পুরকখিরমই।

মখোয় অনি অদু মেখিলনা লম্বী চিংলদুনা ৱারী শার-শারদুনা লাকখি। কোথুম্না মাগী শম অদু উবদা হংলকখিরমই মেখিল, মেখিল নহাক্কী শম অদুদি করি শমনোনে? ঐগী

শমগস্মু মান্নদেনে, মনীং মনাং হোত্রোং হোইনে। কোথুম ঐগীদি হৌরেন য়েংকী খুংনস্মু, ওইগী খুংনস্মু অনিমক্না হেক্লগা হাপচিল-লকপদা য়াম্না থুনা শম অসি থনগদৌরিবনি! কোথুম নহাক্কী শমদি মমায় মাম্মত হোবনিন ঐগীনা হাম্না থনবা হানগদৌ-রিবনিনে, ঐগাসিনা ফত্রনে নহাক্কীদুগা ওন্থোক্লসিনে। কোথুমস্মু মেথিলনা হায়রকপদুনা চুম্লগদবা মাল্লে খনদুনা, হোয়নে ওন্থোক্লসিনে অস্নুম্না শম অদুগা উক্রোং মনিং মমাং অহোবা অদুগা ওন্থোক্লখ্রে। মেথিলনস্মু ফরে অদুদি কোথুম ঐখোয়না হেক্কদবা থবী-লৌ অদু য়োরে। থবী-লৌ মপুনা উহৌদনবা য়াম্না থুনা হেকশিকো অস্নুম্না হায়রক্লবদা কোথুম্না, মেথিল, মেথিল য়াম্না কুংনা থবী পানবা মফমশিং অদু ঐনা হেক্কদবনিকো। মেথিল অমস্নুং কোথুম থবী হুরানবা হৌরে কোথুমদি ওসাই মেথিলনা তাকপিখিবা মওংগুম্না মখুৎ-য়েংনস্মু হেক্লগা মাগী উক্রোং পুং অহোবা মমায় য়েংলোমদগী লংশিনখি-ওইগী অহোবদা ফাওদোকখিদুনা তাহৌরে, মখুৎ ওইনস্মু হেক্লগা লংশিনখি য়েংলোমদা ফাওদোকখিদুনা তাহৌখি। থবী ফজনা কুংনা পানবা মফমশিংদুদা চংল-চংলদুনা কোথুমদি থবী হেকপা কন্না হোৎনরি। মেথিলস্মু মাগী শমদু থম্নবা হেক্লদুনা থবী লৌ মপু লাকখিবনা হাল্লরনি হায়দুনা কোথুমবু চৎলশি লাকও ঐগীদি থল্লে নংগীদি থম্রিবরা হংলকখিবদা কোথুম্না মেথিল ঐস্মু ফনা কন্না হেক্লবনি অদুবু থনবা শুক্লাই নাইদরে, এঃ এঃ মেথিল ঐখোয়না হেকপখকস্মু নত্তেদা মীনস্মু হেক্তুৎ হেক্তুৎলগা য়াম্না হুন্দোক্লমইদা। মদুদা মেথিলনা কোথুম মীন্না হেক্লম্বা

ওইরমলোইনে নঙোন্দগী তাহৌখিবা ওইরিনি মুন্না য়েংখো। কোথুমত্থু মেথিলন। হায়রবদা য়েংখিবদু মাগী শম অহোবগী মন্নুংদদি থবা অমকাওবস্থু য়াওরমত্রবদ। হো .. ..মেখিল ঐগীদি থবা অমকাওবস্থু য়াওরমদরে। ঐস্থু খুত্তা অচনবা খরা পায়রদুনা লাক্লে। মখোয় অনি ৱারী শার-শারদুনা য়ুমলোমদ। হল্লকখিরমই। মখোয় অনিনা ময়ুম-ময়ুমদা য়ৌনখিবদ। মখোয়গী হুপীশিংত্থু থবক শুরুবদগী হন্নরকুনা লৈরমখি। কোথুমগী হুপী অত্থুনা চেং চন্না শুনবা ফৌ অত্থু ইমুংদা কোয়খি-থেরমত্থুন। লৈরিঙৈদা কোথুমস্থু ইমুং য়ৌশিল্লকলে। মাগী হুপা লাক্লবদা হুপী অত্থুনা ফৌ ফৌরস্বত্থুবু কদাইদা থম্বীবনো? চেং চন্না শুরগে হায়না ঙসাইদগী থিরম্লীবনি অত্থুবু থিবা ফংদে। কোথুম্না ঙসাই থুম্মোক্তা থাংজিল্লম্বা মফম অত্থুদা চংলদুনা য়েংলুবদা ফৌ হাপ্পা থুম্মোক য়াওনা থিবা ফংখিদরে। তাঙ্গা অত্থুমক্তদা মেথিলস্থু লাক্লত্থুনা করি তৌরে হংলরবদা কোথুম্না ঙসাই ঐনা লৌশিল্লম্বা ফৌ অত্থু থুম্মোক য়াওনা থিবা ফংদরে। ঙসি হুংদাংগী চেং চন্নাস্থু লৈতে ঙসিদি করম তৌরগদ্রা হায়না হায়রকখিবদা মেথিলনা অত্থুদি ঐখোয়গী ফৌ অকংবা খরা লৈরমখিবস্থু য়াই মত্থুদা খন্না লৌরগা শুখরো। নং লৌররো লাকও হায়না হৌরগা মখোয় অনি লাকখি। মেথিলনা ঙসাই লৌশিল্লুরীবা ফৌ অত্থু থুম্মোক অত্থুগা য়াওনা থাংদোক্লগা চন্না ওক্লবা ওম্মোকপীবা ফৌ অত্থুবু কোথুম্না মুন্না য়েংলত্থুনা আই, মসি ফৌ অসিদি ঙসাই ঐনা কংহনখিবা ফৌ অত্থুগা চপ হেক মান্নেনে, আই, থুম্মোক অসিস্থু ঐগী

থুম্মোকা সুকখেন খেন্নদেনে। মেথিলনা, কোথুম অপংবা নংনা ঙাংলিবঁসিবু নংগা মান্নবা অতৈগীস্থু লৈরোইদ্রনে। নংনা মাল্লি, মাল্লি হায়রিবসিবু ফৌ অসিদা, থুম্মোক অসিদবু নংগীনি হায়না নমীংবু ইরিবর ? অহুদি কদাইদগী ইরগদগেনে। মেথিল অহুবু ইদ্রবদি মাল্লবস্থু মাঙ্গসনু মহু নংগী নক্সবনি হায়না মেথিলনা হায়রকখি। মহু তারবদা কোথুম্নস্থু হোয়নে ফরেনে হায়না থুম্নহুনা ফৌ থর। থুম্মোক অমদা পুরহুনা ময়ুমদা হল্লক্লে। মানা পুরক-খিবা ফৌ অহুবু মাগী মুপীনা শুরগা মুংদাংহুগী চরা ওইনখি।

অপংবা কোথুমগী মরনহু অশিংবা মেথিলনা লৌথোক্লগা মহুগী মহু-ময়াই চন্নঙাই মিরনবু মরন ওইনা হঙ্জিল্লগা দোষ কোক্লবা হোংনখিরম্মি।



# মরিশুবা তাংকক

মরিং জাত্তী চৎনবী মতুংইন্না চহি চহিগী ওইবা খুন অমদগী খুন অমদা চৎনরগা ঈশৈ তান্নবা লৈশাশিং পাখঙশিংনা নুমিৎ ২/৩ ফাইনরগা ঈশৈ শক্নে। অসিগুম্বা ঈশৈ তান্নবা অসিদি অহিং য়ারেক্লরগা ঈশৈ তান্নে। অসিগুম্বা মতম অসিদি ফেব্রুৱারী অমসুং মার্চ্চ থা অসিদা চৎনৈ। মসিগুম্বা মতম অসি য়ৌরক্লুনা মেথিলনা কোথুম্ব নোংমগী নুংদাংৱাইরমদা ময়ুমদগী কৌথোক্লুনা অমুন্না হায়খি কোথুম ঐখোয় নখোয় অসিদি পাখং শরিনি হায়দুনা লৈশাবী লৌরমু য়ারিনে। মেথিল অহু ওইরবমু করম তৌরুরগনি ঐখোয়গী লাইবক্লা তমখ্রমাল্লেদনা ইচা পোক্ত্রবমু পোক্তনা নুপী লৈখ্রেদনা। কোথুম নুপা অমা ওইরবনিনা ইচা লৈত্রবদি মীনা নোক্লরগনি লৈশাবী অমমমদং লৌহৌরশি ঙসি নুংদাং ঐখোয়গীসিদা খুল্লানবদগী লৈশাবীশিং ঈশৈ তান্নবা লাক্ক-দৌরি। মেথিল ঐখোয়গী নুপী লৈনা-লৈনা করম্না লৈশাবী লৌগদ্রনে ফত্তেদা। কোথুম অহুদি ইরায় লায়দা নংগীমু ঐগীমু মখোয়না য়ৌরকত্রিঙৈ মমাংদা লোয়না হাৎতোকখ্রসি। মেথিল নংবু ঙমগদ্রনে? এঃ কোথুম মহুদি নংনা থাজদ্রবদি ঐনা য়োৎ-খোক্না নাখাংদা অমুক্তং থাবদা অহুম্না শিজখ্রগদবনি। ফরে, মেথিল অহু ওইরবদি নংনা হান্না হৌরক্লো। ফরে, ফরে কোথুম নংনা হৌরক্লো হায়রবনিনা হান্না হৌরুরগে। অমুম্না হায়রম্লগা মেথিল অহু য়াম্না য়াংনা ময়ুম ভম্না চৎশ্রদুনা মাগী ফৌরা অমা মাগী

য়ুম অতুগী ফক্লাংদা ভাখৎলগা চৈ অমনা পোপ, পোপ থারতুনা কোথুম. কোঠুম ঐগীদি লোয়শিন্লে হায়না ময়ুমদগী কল্লা লাও-রকখিবতু তারবদা কোথুম অতুনা মখুত্তা য়োংখোক অমা পাইর-তুনা ইসুংদা য়াম্না থুনা চংলকখি। মাগী মুপী অতু ফুঙ্গাদা ফম্লতুনা নুংদাংগীদমক্তা য়েঙ্খাং শেমতুনা ফম্লম্বা অতুগী নাখাংদা য়োংখোক অতুনা অমুক্তং থাখীবদা মাগী মুপী অতু চাকখুম্মাংদা শাংনা তারগা মথন্নাই লানগদবগী লৈরিংউদা মানা মপাললোমদা চেম্থোরক্তুনা মেথিলদা লাওখি। মেথিল, মেথিল ঐগীস্তু লোয়-শিনখরে হৌজিক্তী করম তৌরসিরা? মেথিলনা মতু তারবদা কোথুম অওইবমক্লনে, ঐগীদি ফোরা য়ৈথিবগী মখোলনিনে। মেথিলনা অশেংবমক হাংতোকখ্রবরা হায়না কোথুমগী ময়ুম তম্না লাক্লগা য়েংউবদা অচুম্বমক্কী মাগী মুপী অতু লৈমাইথক্তা শাংনা তারতুনা মথন্নাই লাল্লমখি। কোথুম, কোথুম নংনা তৌখ্রিবসি অতৈনা উখ্রবদি ঐখোয় শোয়বা তারে য়াম্না থুনা অশিবা হকচাং অসি হান্নগী মং অমনবা অমদা য়াম্না থুনা পোৎলোয়থোকখ্রশি হায়তুনা মখোয় অনিনা কোথুমগী মুপী অশিবা হকচাংতু পোৎ-লোয়মীন্নখিরমই।

---

## মঙাশুবা তাঙ্কক

মতমগী মতুংইন্না চীংগী ইমুং খুদিংমক্না মাগী মাগী ইমুংনা চহি অমগী চানবগী থবক শুক্ষম পাম্লৌ মক্ষম অপাম অপান্বা য়েংনবা হৌনরক্লবদা কোথুম হায়রিবা মুপা। অসিস্তু মাগী পাম্লৌ-গীদমক্ত উ য়াম্না কুংনা হৌবা মক্ষম অমা খুদম তৌরহুনা থমখরে। মীয়াম্না মাগী মাগী পাম্লৌগী লম কন্নখ্রবা মতম অদু ফাওবদস্তু মেথিল কৌবা মাদি থবক শুবা হায়বসিদি মশাদা তিল্লাইখোম্বী চুবগুম্না লৈরি। কোথুম মাগী মুপী লৈখিদ্রবস্তু মহাক থবক শুবা হায়বা অসিদি মাগী হৈনজবীনি। মানা কঞ্জরম্বা পাম্লৌ অহু ফনা চাওনা হাইদোক্লগা কংহনখি। থবক শুবা হায়বা অসিবু তিল্লাইখোম্বী হাক্চবগুম্না তঞ্জখ্রবা মেথিল অহু মাগী মুপীনা চৈমল্লবদা মানা নোংমদি মাগী পাম্লৌ ওইনবা লম য়েংনবা চৎখি। মহাক অশোংবা উ য়াম্না হৌবা মক্ষমদা চংবা তনমনখিহুনা উ নাপী ইরন লম্না হৌবা চীংয়াং অমগী নাপোম অমবু কল্লম্লগা ময়ুমদা হল্লকখি। মথংগী মুমিত্তস্তু মাগী মুপীনা য়ামদ্রবদা পামলৌ হাইবা চৎখি। মানা কল্লম্বা লম অহুদি অশোংবা মক্ষম নত্রবনিনা মুমিং অদুদা মানা হাইদৎখীবসি ফনা চাওখি। চীংয়াং অদু নোংমদা হাইদৎপা লোয়রম্লদুনা ময়ুমদা হল্লক্লগা মাগী মুপীবু য়ু উতোং অমা ফজনা থীংহল্লগা মাগী মুপীদা মানা শুরম্বা থবক অদুগী মরমদা হরাওনা থাগৎচরদুনা তক্লমখি। মুমিং খরনি লৈরম্লবদা মানা হাইদৎখিবা নাপী-শিংনাশিংদু হুংশানা কংলকখি।

নোংমদি কোথুমগী হৃদয়দা অমুক লাক্লগা মখোয়না শুখ্রিবা অদুগী মরমদা ৱারী শানরগা য়েংউসি হায়না মেথিলনা কোথুমবু চীংদোল অমগী মথক্তা পুখৎখিরমই। ইকোক কোক্লবা মফমদা নাপী খরা খরা হৌব। অদুব ইরায় লায়না চীংমাই অমা থুংনা হাইদৎখিবনা অরাপ্পদা য়েংখিবদদি মেথিলগী অদুদি কয়াগী মতিক চাওখি। অদগা কোথমগীদি উ কুংনা হৌবা মফমদা হায়বদি লম চাওনা কোকপা ঙমদবনিনা অরাপ্পদা য়েংখিবদা ইপীক পীকনা উখিরমই। কোথুম নংগীদি ইপিক পীকইনা ঐগীনা ফনা চাওবা হেল্লি। কোথুম নংগী অপীকপা অসিগা ঐগী অচৌবা অসিগা ওম্নোক্ক-রসিনা। মেথিলনা থেম্মল্লবদুদা কোথুম্মসু হরাওনা য়াখিরমই। হৌজিক্কি মবানি য়ানখিবা মতুংইন্না মাগী মাগী শরুক অদুবু পাগমৈ থানরে। মেথিলগী শরুক অদুদি অকুংবা উ হৌফমবু য়ানথৎখিবা কোথুমগী শরুক অতু মাগী ওইনা ফজরবদা মেথিলতু কয়াদা মপুক্লিংদা পেঞ্জরমখি। মেথিলনা য়াম্না তাশা চাওনা লম্মৈ থাবা হৌরকখিরমই।

হৌজিক্কী পাম্মৈ থানরে। মেথিলনা ফররোই খল্লতুনা কো-থুমদা পীথোক্কখীবা লৌফম অতু য়াম্না নিংথীজনা মৈ চাক্লমখি। অতুগা মানা য়াম্না ফরগনি খঞ্জতুনা লৌজখিবা লৌফম অতুদি মৈনা ফজনা চাকউ হায়বা ইয়ামক য়াদনা কারুম কারুম্না চোংগান চোংগান্না চৈ চাকপা মফম ওইখিরমই। অতুবু মখোয় অনি অতু মাগী মাগী লৌফমশিংতু ফৌ হুনবা য়াননবগী কন্না শেম্নখি। লৌফমশিং শেম-শাবা লোয়নরতুনা ফৌদি তানখরে। মতমগী

মতুং ইন্না কুমগী নোং লাক্লে লৌদা হুনখিবা ফৌ হৌগৎনরক্লে। থা খরগী মতুংদদী ফৌনাশিং অসি মকা অহুম মরি শুরহুনা ৱাংথৎলকখী। মেথিলনা য়াম্না পামজনা ওন্নখিবা লৌফমগী ফৌ অহু ইরন লন্না ইঙাং-ইঙাং ঙাংনা ফংলমদে। অহুগা কোথুম-গীদি চপচাবা মওংদা ফৌ পাম্বীহু ইশং-শংনা কয়াদা ফজনা লৈরমখি।

নোংমগী হুমিত্তা মেথিল হায়রিবা হুপা অহুনা মাগী লৌ গী ফৌ মওং অহুগা কোথুমগী লৌগী ফৌ মওংশিং অহু মতোমতা চৎহুনা য়েংখি। মাগী ফৌ মওং, কোথুমগী ফৌ মওং অনি অহুগী থেন্নবহু উরুরবদা মহাক মপুক্লিংদা খোয়রাংখিরমই। অহুবু মানা হুমিতহুগী। মথংদা কোথুমগী ময়ুমদা লাক্লহুনা মখোয় অনি পাম্রো য়েংলুসি হায়না হৌরহুনা মেথিলগী লৌফমদা হান্না চৎখিরলই। মেথিলনা মাগী লৌফম অহু হেক য়ৌখিবদা লৌপান্দা মক্রাং ফাক্লহুনা মকোক লুকথরহুনা মাগী ফৌ পাম্বীশিং অহু য়েংখি-বদা কয়াদা ফজনা কুংনা নিংথিজনা উখিরমই। মহুদা কো-থুমবুসু য়েংউ ফজগ্রনে হ.য়রবদা কোথুমসু মেথিলনা য়েংখিবা মওং অহুগা চপ হেক মান্নন। য়েংলুবদা মানসু হোয়নে য়াম্না ফজেনে হায়রকখি। মহুদগীদি মেথিলনা নংগীসু য়েংলুসিনে হায়-রবদা মানসু য়াখিরমই।

মখোয় অনি অহু মেথিলনা লম্বী চীংলহুনা কোথুমগী লৌফম হেক য়ৌখিবগা মেথিলনা লৌগী চীদায়দা হৌখিবা উ পাম্বী অচৌবা অমগী মথক্তা কাখৎখি। মেথিলনা উ পাউম্বীগী মথক্তগী

হায়রকখি কোথুম, করিগীনো কুমশিদি নংগী ফৌ অসিদি ফৌদি ফত্তবনা হুনখিবনরা ইরল লম্লে, ইঙাংস্থ ঙাংশিল্লে ফত্রেনে, নহাকস্থ থাজত্রবদি উ পাম্বী অসিদা কাখৎলগা য়েংও। কোথুম্নস্থ অচুম্বা ওইরবা মাল্লে খন্দুনা মাস্থ উপাম্বী অতুগী মথক্তা ৱাংনা কাখৎ-খিরমই। মানা উথক্তগী য়েংথখিবদা মেথিলনা হায়বগুম্না ফৌ পাম্বীশিং অতু ইরল লম্না উখিরমই। মতুদা মানস্থ হোয়নে করি-গীনো কুমশীদি ফৌদিস্থ অফবা খল্লগা হুনখিবনি মৈগী তাঙ্গোয়স্থ য়াম্না নিংথিজখিবনি। করম তৌখিতুনা ফৌ পাম্বী লম্না হৌখ্র-বনোনে।

হৌজিক্তী ৱাশিং অতু তারবদা মেথিলনা কোথুমদা হায়-রকখিরমই—কোথুম নং করিগী ৱাখল মুংঙাইত্রিবনোনে নংগী ফত্তবা অসিনা ঐগী ওইরগে ঐগী অফবা অসিনা নংগী ওই-জখ্রো। অস্থুম তৌরতুনা কোথুমগী অফবা ফৌ লৌ অতুবু মেথিলনা লৌবিখ্রগা মাগী ফত্রবা ইরন লনখ্রবা ফত্রবা ফৌ লৌ অতুবুনা কোথুমদা পীতুনা মখোয় অনিতু ফৌ লৌশিংতু অমুকস্থ ওম্বোক্ল-খ্রে। কোথুম্নস্থ মঙোন্দা অফবা ফৌ লৌ পীবীরে হায়রতুনা য়াম্না হরাওনা মেথিলবু ঙমখৈ লৈতনা মুংশিজবগা লোয়ননা মবানি মুংঙাইবগী ৱারী কয়া শার-শারতুনা নোক্লা-নোক্লা খুল্লোমদা হল্লকখি। কোথুমদি মহাক্কী শরুক ওইখ্রবনিনা নোংমতস্থ কাংবা লৈতনা ফৌ পেংবা কম্না হোৎনৈ। য়াম্না ফৎখীত্রবা ফৌ পাম্বী-শিং অতু মানা মখোং শোম্বদগী নোংম-নোংমগী ফজরকখিরমই। মেথিলদি ৱাখল য়াম্না চাওনা ফৌ হৈনবগী কোৎ শাবা হোৎ-

নখরে। অতুবু মানা আশা চাংনা তৌজৱিবা লৌফম অতুগী ফৌ চরোং শাংলক্তুনা মরু লুকথরক্লে।

চীংমীশিংগী হৌনশা ওইবা খুৎলং হৌবা অসি মতম মতমগী থবক্কী মওং মতুংইন্না হৌনৈ। হৌজিক্কী কোথুন্না মেথিলবু লৌ-ৱোক খুৎলং হৌরসি হায়না হৌরতুনা ফৌ লোকপগী থবক মথং মথংনা চৎনবা হৌরক্তুনা কোথুমগী ফৌ অতু য়াম্না নিং থিজনা কারক্লে। অতুগা মেথিলগীস্তু ফৌ খাংনঙাই খুৎলং তম্লতুনা খুৎলং ময়ামতু লৌ কুম্লক্লে। অঙকপনি অঙকপা আশা ৱাংনা তৌজরম্বা মেথিলগী লৌফম য়ৌরকপদা খুৎলংগী মীয়াম্না অঙকপা অমস্তু ওইনখিরমই। মরমদি মাগী পাম্লৌ অতু ফৌ লৌ ওই রমদনা নাপী লৌ ওইরম্লে। কুংলবা নাপা মরক্তগী ফৌ পাম্বা খরা খরা লিংখৎলকপদগী শাংখ্রিবা ফৌ চরাংশিং অতুস্তু উচেক্লা চাথোকখীবদগী চুমত্রিং চুমত্রিং য়ুংনা লৈরংখি।

মেথিলগী লৌগী ফৌ চরোং অয়ুংবশিংতু উরুবদা খুৎলংগী মীয়াম্না মাবু য়াম্না শাখিন করেম্নবা হৌরকখিরমই --মেথিল, মেথিল কুন-শিদি ফৌ হৈনবা কোংস্তু ফনা চাংনা নিংখিজনা শেম শাংখ্রে নংগী কুমশি কাংদবা ফৌয়ামতু চাবা লৌরবা ওমদনা কোকফাই নম্না চাবা তারেদনা। খুৎলংগী মীয়াম্না লৌরখিবা অতুদা মেথিল ইকায়বনস্তু লোয়রে! অতুবু উপায় লৈত্রতুনা মাগী খুৎলং ময়ামতু উমংদা চংহল্লগা হৈয়িং অমুনবা মপোৎ অমমম হেকহল্লগা মাগী কোং অতু পীক থনবমখৈ হৈজিনখ্রে। উপায় লৈত্রতুনা ফৌ-কোংকী মহুত্তা হৈয়িং অমুনবা কোং ওইনথোকখিরমই।

মুমিৎ খরনিগী মতুংদা মেথিলনা কোথুমগী ময়ুমদা লৈকায় কোয়বা চৎলমই। মানা কোথুমবু অস্নুম্না হংলমখি—কোথুম নহাক্তি ওস্থোক্না ৱারমলনিকো মুপীস্ম লৈত্রবনিনা চাকথোং-ফৌওস্মু নতোমতা হোৎনরমগদবতু খনবদা ঐদি ওস্থোক্না মুংঙাইখিদরে। কোথুম্না, মেথিন করম্না তৌগনি ৱারবস্মু ৱানা ইরায়বক্না তমখ্রবমাল্লে অত্তুবু মেথিল ঐখোয়নদি ৱাখলদা ৱাদে মরমদি ঈশ্বরনা লোয়না খঙবী-গনি ঐনা তৌবনা ঐগী, মীনা তৌবনা মীগীনি। মেথিলনা মাগী পুন্সিদা মীনুংশি চাওবা অম্নগুম্না অস্নুম্না অমুকস্মু হায়রকখি-রমই— কোথুম নংনা ফৌস্ম ফৌরবা, শুবস্মু শুরবা, খৈবস্মু খৈরবা, থোংবস্ম থোংলবা নংদি করম্না হিংবা ঙম্লগনি? ঐনা অমা তাক্লগে মুংশাদা ফৌবস্মু নাইত্রবা, নংনা লাম্লক, লাম্লকপা মতমদা লৌরগা চাবা য়ারবা কুমশিংগী দমক্তা ঐগী ইমুংনা লাংতুনা থমজখ্রবা হৈয়িৎ অমুনবা কোৎ অমা অসিগা নংগী কোৎ অমা অসিগা ওন্নথোক্রসি, ঐগীদি ঐগী মুপী লৈবনিনা ফৌবা, শুবা, থোংবা তৌবা নিংঙাই লৈরি। অস্নুম্না হায়রবদা কোথুম্নস্মু হোয়নে মতুনা খজিক্তুং থবক্তা শমগদবা মাল্লেনে নংনা ওন্নরসি হায়রবদি ওস্থোক্ল-রসিনে। মতৌ অস্নুম তৌরতুনা মবানি অতু ফৌ-কোৎ অমগা হৈয়িৎ অমুনবা কোৎ অমগা ওন্নথোকখিরমই। কোথুমদি চাক লাম্লক লাম্লকপা খুদিংগী হৈয়িৎ অতুবু কোৎমুংদগী খল্ল খল্লতুনা চাবা হোৎখরে। মতৌ অস্নুম তৌরতুনা মুমিৎ ফনা য়াম্না লেল্লক্লবা তুংদদি মহাক অতু মথি ফাইবদস্মু হৈয়িৎ ওইনা ফাইরক্লে। হৈয়িৎ অমুনববু চাক ওইনা চারক্লবদা মাগী মশা অতু অনাবা হায়বতু ওইরক্লগা কোথুম অতু তাইবংপান থাদোকখি। অতুগা মেথিলদি য়াম্না মুংঙাইনা মতৈ-মনাওতু কোৎকী ফৌ অতু লেথোক্লতুনা শুম্বলদা শুর শুরগা হাওনা চারগা মপুন্সী লেনখি।

মীওইবা কৌবা অসিনা তাইবংদা হিংলিভৈদা চানিংঙাই

চিঙ্গাক মথল-মথেল কয়া য়াম্না ঈশ্বরনা থৌরাংবীরম্মে। ঈশ্বর মানা থৌরাংবীরমগ্রবা পুম্নমক অসিবু মমুৎ তাহন্নবা। লৌশিং পাঙ্গল হাম্মীরম্বা অদুবু শিজিন্নদুনা ফংজৌ, নোমজৌ, ফংগনি হায়না পোরম য়াৎপীরমখি। মীওইবা ঐখোয়গী পোরমশিং অদুবু মরম চানা শিজিন্নদ্রবদি মদুদা কান্নজবগী শরুক ফংবা ঙমদে। অম্নুম্না কনা শিংজরবা মেথিল হায়রিবা মুপা অদু শুজবা, নোমজবা অতনবা মীশক ওইখিবনা মাগীনি হায়বা অশেংবা লন মচেৎ অমত্তম্ম ফংজবা ঙমজরমদনা তাঁইবংপান্দা পাপকী ওইবা শরুক্তা মপুন্সি লোমখি। অদুগা অপংবা কোথুমদি মপাঙ্গলনা শুজ নোমজবা তন্দবা মরম্না মানা তৌজরুবা খুদিংমক্তা ঈশ্বরনা নুংশিবীবা মরম্না কান্নজবনা মপুং ওইরদুনা মপুন্সি লেনজখিরমই। অপংবগী লনবু অশিংবনা ওইজখিরমই। অপংবগী লনবু অশিংবনা ওইজ-খ্রবস্মু মপু ইবুংঙো ইশ্বরনদি লন অদুগী অশেংব মপু অদুদি কনানো হায়বদি তশেং তশেংনা উবিখ্রবনি। মদুগী অচুম্বা বিচাব অদুদি মাংবা য়াদ্রবনিনা মখোয়গী থরাইগী লম্বীদা তাইবংগী তৌবিমল শরুক অদু ফংগনি। মসিনি অশেংবা, শেংদবা অদুগী মনাদু।

মীওইবা সমাজ অসিদা থাজনবগী মওং মতুং ইন্না ধর্ম্ম নিতি কয়া লৈরি। মীওইবনা চৎনরিবা ধর্ম্মশিং অদুদা হুরাল্লু, চিম্থিয়ু, ফত্তবশিংদু তৌ, য়েংথিনৌ হায়বগী মরমদা পাওতাক পীরম্বা ধর্ম্ম নিতিশিং অদু লৈরনদবা মরম্না হিরমশিং অদু পাপ্নী হায়বসি ধর্ম্ম খুদিংমক্তা তাকথোকপীরে।

———

# মী কপ্তৈ

থায়না মমাংঙৈদা পাখঙ অমনা খুল্লানবদগী লৈশাবী অমা লুহোংহুনা লৌখিরমই। খুল অনি অহুদি লাগখিবনা মুপী অদুগী ঈরীগী মরমদা মুন্না খঙদদুনা লুহোংখিরমই।

মখোয় অনিনা লুহোংখ্রবা থা খরনিগী মতুংদদি মুপী অহুগী মশা অহু নোংমা নোংমগী কংশিল্লকখি। মাগী মুপী অহুগী মশা অহু নাখ্রবা মাল্লে হায়না মানা ফম্না কম্না ঈরাৎ পুজা তৌরহুনা লাইয়েংখি। মুপা অহুনা মাগী মুপীগী অনাবা অহু ফম্না কম্না লায়েংজরবস্থু মশা কংশিল্লকপা অদুদি ফবা কৌবা নাইখিদে। মাইবা অহৈবা কয়ানা লাইয়েংজরবস্থু অনাবা অদুগী লাইওং অদু করিনো হায়বসি খঙনবা ঙম্নমদে। অনাবী অদুদা হংলবস্থু মাগী অনাবা অদু নাফমস্থু খঙবা ঙম্নমদে। মশা অদুদি নোংম-নোংমগী শোনজিল্লক্রবদা মাগী মুপা অদু ব্রাখল য়াম্না মুংঙাইখিদবগা লোয়ননা মুপীদুগী নাবগী পাও মপামদা চেনখিরমই। মচামুপী নাবগী পাও অদু হেক ফংখিবদা খুদক্কা মবুং মৌপব্না পুরদুনা মচামুপীগী য়ুমদা লাকখি। মচামুপীগী য়ুম য়ৌরদুনা মচা অদুগী ফীভম অদু উখিবদা মমা, মবুং অমস্থং মৌপব্না-খোয়গ ব্রাখলদা য়াম্না মুংঙাইরমখিদে। মচামুপীগী মনাক্তা মমানা চংলক্তুনা মাগী অনাবা লাইওং হংখিবদা মচামুপীনা কদায়দস্থু

অনাবা ফাওদে হায়না খুম্নকখিরমই। মদু তারবদা মমানা মচানুপীনা নাখ্রিবা মওং অদু মমুত্তানা খঙবা ঙম্নবদা ময়া নুপাদা হায়খিরমই ইবুংঙো, মহাক অসি ঐখোয়দা পুরগা লাইয়েংঙু-রগে নত্রবদি মশা কংশিল্লকপা অসি ঙম্নরোই। মনেম্বেক্কী ৱা অদু তারবদা মহাক্সু হায়রকখি ইনেম্বোক নয়া ঐস্নু অহৈ অহৈবা মাইবশিং কয়াবু ঈৱাং-পূজাস্নু তৌজরবনি। অদুবু মাইবশিংনস্নু মাগী নারীবা লাইওং অসিদি মাইবা কনানস্নু খঙবা ঙমদরে, ইনেম্বোক্না খঙবীবা মওং লৈবীরবদি লাইয়েংবীরুরো !

ময়া নুপানা য়াখিবা মতুংইন্না মচানুপী অহুবু পুরহুনা মমামচা ময়ামহু মখোয়গী খুল তম্না লাকখিরমই। মখোয়গী খুলহু পোশা পোশ্বারগা য়ৌরকখি। মচানুপী অহু হম হেক য়ৌখিবদা মখোয়গী হৈনবী চিঞ্জাক অহু য়াম্না থুনা থৌরাংখি। মমানা খঙখি মহুদি মঙানুপীনা নারিবা লাইওং অসিদি তরাম থৌরাংবা থাংবদগী মশাহু কংশিল্লকপা ওইরম্লে। মখোয় ঈরীনা হৈনবী চিঞ্জাক্কী—"হুৎয়ার" শা অহু ওইরমখি। মখোয়গী খুল অহুগী মীওইশিং অহুদি মখোয়গী চীঞ্জাক মান্নবা মীওইশিংগী খুল ওইরমখি। হুৎয়ার হায়রিবা চিঞ্জাক অসি চাবদগী মখোয় ময়াম অসিবু অতৈ খুঞ্জাশিংদগী লাপ্না লৈহনখিহুনা মমাংঙৈদগী হৌনা চাৱো মৌৱোনখিদ্রবনি। অসিগুম্নবা ঈরীগী খুলদা নুপা অসিনা ৱাখল মুম্না তৌদনা খঙদনা মখোয়দগী নুপী অসিবু লৌরুখিবনি।

মমানা মচানুপীগীদমক্তা মরাং কায়না হুৎয়ার হায়রিবা শা অসি মরং মৌপাশিংবু থৌরাং তৌহনখিদনা অনাবী অদবু

মপুং ফানা পেন্নবা পীজবা হৌখি। মুমিৎ থরনিগী মতুংদগীদি অনাবী অদুগী মশাদু নোংম-নোমগী ফগৎলকুনা নোয়রক্লে। নোংমগী মুমিত্তা মাগী মুপীগী অনাবা অদু করম তৌরবগে হায়না য়েংবা লাকখি। মাগী মুপীগী হৈনবী চিঞ্জাক অদুবু মপুংফানা চারবনিনা মাগী মশাদু য়াম্না ফরম্বদু উরুবদা মুপা অদুনা কয়াদা হরাওজরমখি। মখোয় ময়ামদু অনাবা ফখিবদা য়াম্না মুংঙাইনা ৱারী-ৱাতাই শানরবা তুংদা চংখিবা য়ারগদ্রা হায়রদুনা মনেম্বোক্কী মফমদা হায়জখিবদা মনেম্বোক্নু য়ারমখি। অদুদগীদি ময়া মুপা অদু মুমিৎ হুম্নি নৈরগা অনাবা অদু অমুক হৌরকপা হৌরক্লবগী পাও অমুক মখোয়দা হায়রনবগীদমক ৱা হায়হৌখি।

অনাবা ফরবী মুপী অদুগা মুপা অদুগা মতৈ-মনাও মখোয়গী থুল্লোনদা হল্লক্লে। মখোয়গী য়ুমদা ৱাখল য়াম্না মুংঙাইনা য়োরকখি। মাগী অনাবা ফরে হায়বা পাও মাইবশিংনসু তারবদা কয়াগী হরাওনখিরমই। য়ুম যৌখিবা মুমিৎ হুম্নি হেক য়োবদা অনাবা অদুগী মওং অদু মনেম্বোক্কী মফমদা খঙহন্নবা লাকউ হায়রকখিবা মতুংইন্না মুপা অদু পাও খঙহন্নবগীদমক্তা মনেম্বোকখোয়গী থুল চংনবা থৌরাংখি। মাগী মুপী অদুনা মাগী মমাদা মাগী অনাবা অদু করিসু তৌখিদরে হায়না তম্মুনবা পাও পুরদুনা মুপাদু চংখি।

'মী কনটে' হায়রিবা ঈরীগী জাংকী নিঙোল মমা অদুনা ময়ামুপা লাকপদা মচামুপীগীদমক অমুক উনখিনবা হুৎয়ার হায়বা শা অহ্ব কংহন্দুনা থৌরাং তৌরমখি। ময়ামুপাদু মনেম্বোকখোয়গী

ময়ুম য়োৌরদুনা মাগী মুপীগী অনাবা অদু অমুক হৌদবে অসুন্না তম্মরবদা মনেন্বোক, মবাই, মশেনশিংসু য়াম্না হরাওখি। ময়াম্নুপাদু নোংঙাল্লগা হুনহল্লমখি। য়োৌরকপা মুসিংতুগী মুমিদাং অদুদা হুৎয়ার শা অকংবশিং অদু হুংঙুলানা ফজনা য়োন্নদুনা থৌরাংখি। ময়াম্নুপাদু চৎলমদাইদা ময়োম অদু, পুখো মদু ইচা মুপীদা নংনা য়োৌখিবগা শিন্নৌ অদুগা নহাক লমখাংদা ময়োম অমি থোক্লগা। য়েংবা য়াদে তৌহৈদেকো অসুন্না য়াম্না কন্না হায়-রকখিরমই। মদুদা মানস্ত ময়োম অদু করিনো হায়বদু খঙ্জ্ৰ-বনিনা য়েংনিং য়েংনিংনা পুরদুনা লাকখিরমই। মী ওইবা ঐখোয়না হৈনবীদি তৌগন্নু হায়রগা তৌনিংবা, তৌহৈদে হায়রগা পাংথোক্লিংবা ফত্তে হায়রগা খোংদানিংবা, চাহৈদে হায়রগা চানিংবা, অসিগুম্ন-দুনা মুপা অদুসু মনেন্বোক্লা য়েংহৈদে হায়রকখিবদা য়েংনিংমন-খীদুনা লম্মাখাংদা ই মকা অমা থৎলদুনা মখোক্লা হুংঙুলাদা য়োন্বীরকখিবা ময়োম অদু খিন্দৎলগা য়েংথোকখিরমই। য়েংহৈদে হায়রকপদুদা য়েংনিংমনখিদুনা য়েংলুবদা ময়োম অদুদি অতৈ ওইরমখিদরে করি মরমগীদমক্তনো শিজিন্নফম খংদ্ৰবা তৌহৈদ্ৰবা পোৎশক ওইরমখি। পোৎ অদুদি মীগী খুৎশাশিং ওইরম্নে। মাগী ওইনদি তৌহৈদ্ৰবা ওইরবসু মাগী মুপী অদুগী ঈরীগী জাৎশিংগীদমক্তদি য়াম্না মরু ওইখ্রবা চিঞ্জাক 'হুৎয়ার' অদুনি।

মুপা অদুনা ময়োম অদু মানা খিন্দৎখীবগী মথুল অদু খঙ-হন্দনা শেমজিল্লদুনা পুন্নগা ময়ুম য়োৌরকখি। ময়ুমদা হেক য়োৌরক্তুনা ময়োম অদ মাগী মুপীদা মমানা পীরকপনি করি পোৎনো খঙদে

ঐবু য়েংগন্নু হায়রকই হায়রদুনা পীখিরমই। মাগী নুপী অদুনদি খংখি, মমানা উল্লক্লিবা ময়োম অসিদি মাগী নুপাবু উহনবা য়াজ্রবা মীগী খুৎশাশিংনি হায়বসি মহাক ভাব তাখিদুনা ময়োমদু ইমুংদা চেকশিন্না থমজিনখ্রে। নুমিৎ অদুগী নুংদাং অদুদি মাগী নুপী অদুনা কৈরি তৌগা। নেংলগে খল্লদুনা মাগী নুপীবু নুংদাং চাক ওন্না থোংউ মহাক লমশাং লাকপদা য়াম্না ৱাবে ওন্থানা তুল্লগে হায়খি। অদুদা মাগী নুপী অদুনস্থু হায়বদুমক তৌখিরমই। ইমুং অদ মতৌ মনাংখপা লৈবা মনম্না চাক য়েঙ্গাং থোংবদু মতম চংলমদে। মেক যেংলগা লৈররদুনা নুংদাংদুগী চর চাংলক্লে। নুপা অদুদি উতুপ অবংবা অচৌ অচৌবশিং ফুঙ্গাদা মৈ গ্রং গ্রং থাগলদুনা মৈ তিক্লি। নুপা অদুদি চাক তোকপা ঙাইহাক লৈবমলগা তুল্লগে হায়রম্লগা ফমুংদা চংখরে। নুপা অদু ফমুংদা চংখ্রবস্থু অশেংবমক্কা তুম্নবা ওইরমখিদে। মহাক্লা তুমশিন্নখ্রগা মাগী নুপীগী মওং য়েংনঙাইগী ওইরমখি। নুপাদুনা ফমুং চংহিবা ঙাইহাক লৈরগা কম্না তুমথখিবগী মওংগুন্না কম্না নাখোকপা হৌবকখরে। নুপী অদুস্থু ফুঙ্গাদা মৈ তিক্লদুনা অদুম লৈরম্বদু মাগী নুপাদু কম্না নাখোকপা হৌরক্লবদা অচুম্বমক্কা তুমথখ্রে খল্লদুনা ওসাই মমানা পীরকখীবা ময়োমদু লৌথোরক্লে। খুৎশাশিং অদু অমমম লৌথোক্লগা মৈদা প্রোক, প্রোক লৌরদুনা মানা চাশিনখি, হেক চাখিবগা মশা অদু থক, থক নিকখিদুনা মশাদা মতুশিং ফ্রং, ফ্রং হৌগৎলকখি অস্মন্না খুৎশাশিং অদু লোইদ্রিবা ফাওবা চাথোকখ্রবা তুংদদি মাগী হকচাংদ শিনবা পুংনা

মতু হৌখ্রে। মহাক অদুনা তৌরিবা খুদিংমক অদুদি মাগী মুপা অদুনা ফমুংদা লোননা য়েংদুনা লৈরী। হৌজিক্তি মাগী মুপী অদু মী নত্রে শা ওষ্টবেদনা হায়বসি খঙখি। মুপীদু মমানা পীরকপা খুৎশাশিং অদু চাবা লোয়থোকপ্পবনিনা মাগী মুপানা ফমুংদা তুমদুনা লৈরীবা মাইকৈ তম্না ওয়াও, হায়না কন্না খোংলগা মরা অদুবু চাগদবগী চোংশিল্লক্রে। তাঙ্গা অদুদা মাগী মুপা অদুনস্থু খঙশিননদদুনা হেক মশাদু য়াওনশিন্নখিরমই। মুপী অদু মশাদা হৌখিবা মতু-শিং অদুসু খুদক অদুমক্তদা খঙহন হনজিনখিদুনা হান্নগী মীওই মওংদা লৈখি। মুপা অদুনা নহাক হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিববা হায়না হংশিন্নখি। মুপী অদুনস্থু হোয় ঐস্থু তুম্নিংলদুনা তুম্নগে হায়না ফমুংদা চংলকপ্পবনি। অস্নুম্না হায়রন্নগা মুপী অদু অচুম্ব-মক্না ফমুংদা হিপথবদুনা য়াম্না থুনা তুমথখিরমই। মানা ওসাই শা য়াম্না চাশিল্লুবগী মশা অদু নমথরক্তুনা কন্না তুমথখিরমই। মানা লৌরুরীবা মাগী মুপী অসিদি অশেংবা মী নত্রে হায়বসি তশেংনা খঙলবদা মুপা অদুনা মুপীদু কন্না তুমথরবা তাঙ্গাদা ফমুংদগী কুমথরক্লগা লব মথক্তগী য়োংকী ওারেংচৈ মচিন অতুম্বা অমা লৌথরদুনা ওসাই মুপীদুনা হৌ-গৎলম্বা মৈদা ওাংশং ওাংনা ইক্লগা তুমদুনা লৈরীবা মুপী অদুগী লেংশিন্দুনা মথুন্দা খুদক অদুমক্তদা হাংতোকখ্রে। মুমিংতুগী মুংদাং অদু লাম্ভোকখরে। অঙনবা অয়ুক অদুদা লৈকায়গী মীশিংদা মাগী মুপী শিখরে হায়না খঙহনখিরমই। লৈকায়গী

মী.শিংদা মানা মাসী মুপী শিথরে হায়না খঙহনখিরমই। লৈকাইগী মীশিংনা মতৌ করম্না শিগ্রিবনো নায়বহুস্থ ফগ্রবনি অস্মুন্না হুং-খিবদা মানা অস্মুন্না থুমখি ঐস্থু ঙরাং মমাখোয় য়ুমদগী থুং-লরবনি। লমশাং লাকপগী রামনখিবনা ঙনতানা মুংদাংহু মীংকপ শোক্তবমথৈ ভুমখিহনা অয়ুক ঐনা হৌগংখিবদা মাদি ফমুংদা শিহনা লৈরমথরে। খঙদে ঐস্থু পুমঙক ঙকখরে। অহুবু শিগ্র-বনিনা ময়াম করম তৌরগনি? অস্মুন্না খঙ্গান্নহনা লৈথোকপদি য়াদরে ময়াম্না মাগী মমাখোয়, মবুং মৌপরাখোয়রোমদা পাওগী মী থরা মতম ঙল্লিন্দো থাবীগ্রবদি লম লাপ্পনিনা য়োরকপা নংলোয়। থুঞ্জাগী মীশিংনা অশিবা ইমুংদা মহৈ মহৈ লাক্তরহনা থবক ইনখাং শিন্দোক-শিনজিন তৌনরহনা হোৎনখরে। চৎনবীগী মতুং ইন্না ওক, য়েন, অশিবদা চংগদবা পোৎলমশিংহু লাংলগা মং তৌনবা মী থারে। জাত্তীগী চৎনবীগী মং অহনবা তৌবা অসিদি অস্মুক্কী মতিক মতম চংই। অহুবু মুমিং হেক তাগদবা থরা রাংলিন্দো মং তৌবা লোয়রহনা অশিবা য়ুমদা হন্নরক্লে। অহুবু মমাখোয় য়োরক্তবা মরম্না পোৎলোয়বা য়াগ্রহনা মতম থরদি মখোয়বু ঙাইহনা লৈরীঙৈ তাঞ্জাদা মখোয় ময়ামহু থুংলখিরমই। রানা লমশাং লাক্লবা মমা, মবুংশিং, মৌপরাশিং অহু অশিবা মশা অহু উররবদা কয়াদা মথরাই মুংঙাইতনা কপ্পরখি। অহুবু মতম্না থেংজিল্লকপ্রবনিনা মমশিন্দ্রিঙৈদা পোৎলোয়থোকপ্রসি হায়রহনা অশিবা অহু অশি কু পোলাংদা হাপচিনখ্রে। মবুং-মৌপরাশিংনা খুন্দুগী মীওইশিংদা হায়জখি, লাকপীরিবা

নখোয় পুম্নমক নখোয়বু য়াম্না থাগৎচরী, ঐখোয় হাংদ্রেবসু ময়াম্না শিনবী লাংবীরম্লে। ময়াম পুম্নমক ৱাবিরম্নগনি ময়াম পোংথাবি হৌরে। অশিবা পোংলোয়বসি ঐখোয়না তৌজরুরগে হায়রদুনা মমাগা, অশিবীগী মুপাগা, মবুং মোপৱাশিংনা অশিবা হকচাং অদু পুরদুনা নং তম্না লাকখীরমই। মংফম য়োৱক্লবদা। মংগী মনুং চংগদবা অদু মখোয় ময়াম্না মুম্নবা হৌরকখি মুপা অদুনা ইশেনশা ইবাইশা নখোয় পুম্নমক মং মনুংদা লোয়না চংবীখরে, অশিবা অদু ঐনা লানশিনজরক্লগে, নখোয় ময়াম্না মনুংদ ওকপরম্লো। অসুম্না হায়রবদা মখোয় লোয়নমক মং মনুংদা চংলমগরে, মপান্দদি মনোংথাক্না, ময়ানিপা খক্তা লৈহৌরে। মুপা অদু মাগা মুপীনা ত্তৌব্রিবা মওংশিংদু খণ্ডহৌব্রবদা মদুগী মওংদু শোয়দনমক্না ওইরগনি খণ্ডজরদুনা থাং অথোবা অমদি মনাক্তা থমখি। মাগা মুপীগী হকচাং অদু মং মনুংদা লানশিনখিবদা মনুংদা লৈরম্লিবা মখোয় ময়াম অদুনা ঙুং ঙুং ঙংনখিদুনা মখোয়গী মশাশিংদু মতু হৌবা শা ওইনখরে। অশিবগী হকচাংদু মুম্ন মুন্নরদুনা চাথোকখিরমই অশিবীদুগী হকচাংদু চাথোকপা লোয়খ্রদুনা মংগী মপান্দা লৈহৌরিবা মুপা অদুবু অমুক চাগদবগী ঙাও হায়না খোঙলদুনা মং মনুংদগী মপান্দা চোংথোরকখি। মুপা অদুনা মাগী থাং অদুনা মণ্ডক্তা ফং হেক ককথৎখিদুনা মংগী মনুংলোমদা মতুসু অমুক তাশিনখি। মদুবু অমুকসু মুম্ন-মুম্নরদুনা চাথোকখি। মং মনুংদা চংখিবা মশেন মবাইশিং অদু মাবু চাগদবগী মং মনুংদগী চোংথোরকপা খুদিংমক মাগী থাং অদুনা মণ্ডকশিংদু অমুকমুক য়ানখিবদা

ফং ফং তুপখিহ্না অমত্তন্ন চিংথদনা লোয়শিনখরে। হৌজিক্তী মনেম্বোক্কা মাগা লৈহৌরে। মানা মনেম্বোকপু ইনেম্বোক হৌজিক্তী অশি পোৎলোয় লোয়শিনখ্রবনিনা মংকাররসি হায়বহ্না মনেম-মমাক অনিহু মংফমদগী কাররক্রে। খরা লাক্লগা মনেম্বোক অহ্না ইয়া নুপা ঐহাক চৎপা য়াম্না রারে ঐবু পোবীরো হায়ররকপদা অচুম্বনা রাখ্রবোই খল্লহ্না মানা মনেম্বোক অদুবু নংগন্দা পোখংলগা লাক্রে। অদুবু খরা চৎলগদি মনেম্বোক অদুনস্ন ময়া নুপা অদুগী মনঙ্গন্দা ময়ানা চিকপা হৌরক্রে। ময়া নুপা অদুনা এঃ হনেম্বোক নংস্নু অমুক হৌরক্লবরা হায়না মনংন্দা পোরন্ধদগী লৈবাক্তা ভংঙা থারদুনা মথুৎনা পায়রিবা থাং চদনা মতুপ-মতুপ ককথংলগা কমথাংদা হুন্দোক্লমদুনা চাইথায়রমখি।

হৌজিক্তি মাগী নুপা অশিবাগী মমা মচাশিংদুস্নু মাগী পোৎ-লোয়বদা পুম্না মথরাইশিংদু থহাইগা হকচাংগা লোয়না কায়ন-হনখরে। থোকখ্রিবা থৌদোক অসি নিঙোল থাজবা, নুপী লোবা মাংওইননা রাখল খন্থহৌদবদগী চারো মৌরোনবদা শোয়খিবহ্না থোক্লকখিবা থৌদোক ওাক্তনি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি থোকনবগীদমক মাংওইনর্না পার্বা-পুরী, ঈরাঁ মুম্না খিনদুনা, য়েংন্দনা শানা শাগী জাৎ, মীনা মীগী জাৎ য়েংদবা য়াদে।

মীওইবা ঈরাঁ অশেংবা নুপা মানা রাংল মুম্না তৌহৌদবদগী শাগী জাতি "মী কনটে" হায়বা জাৎকী নিঙোলবু লৌরুবদা সমাজগী মাংদা ইকায়বা, অরাবা কয়াগী শরুকশিংদু মাগী মথক্তা থুংলখিবনি। মানা ফংজখ্রিবা শরুক অসি অতোপ্পা মীওই কনাগুম্বনা পীরকখিবস্নু নত্তে, মদু মানা লংজরুখিবা শরুক্কী। মসি লৈশা পাখঙগী মতমদা মীং নাম্মা নাম্মা ভাংনৈ হায়বহুগী শাখিনি।

# খুনবু শাগৈগী পোক্তবী মচা অমা

থায়না মমাংগৈদা খুনবু শাগৈগী নুপা অমনা নুপী লৌরগা য়ুম পাল্লমখি। চহি খরা মতৈ-মনাও লৈমীন্নরম্নগা নুপীমচা অমা পোক্লমহুনা মমা অহু শিখরে। চহি অমগী মচা নুপী অহুবু থনমহুনা শিগ্রবা চহি অহুমগী মতুংদা নুপা অহুনা নুপী অমা লৌদবা য়াদবা মতাং ওইহুনা মানা নুপী অমা লৌখিরমই। মপানা নুপী অমা লৌরকখিবা অহুদা মচা নুপী অহুনা মমামক্লী হায়বগী ৱাখলদা য়াম্না নুংঙাইজরমখি। চহি অমা হেক য়ৌরক্লগা অকোনবা নুপী অহুনস্থু মচা নুপী অমা পোকখরে। নুপী অহুনস্থু অহানবা নুপীহুনা পোক্লস্বা নুপীমচা অহুস্থু মহাকমক্লা পোকপনি হায়বগী মওংদা য়াম্না নুংশিনা নাওয়োক নাওকোল্লকখি। চহি অহুম মরিদি অস্থুম্না লৈরক্লবা মতুংদগীদি পোক্তবী মচা নুপীনি হায়বগী শেরান্নবা ৱাখলগী পরিং শাগৎপা হৌরক্লে। অহুবু নুপীমচা অহুনা অচুম্বগী য়াথং হিকতোক্তবা, য়াথং ঙাকপা হৈবা অঙাং ওইবনা মাগী মফমদগী অরানবা শরুক পোক্তবী মমানা ফংবা ঙম্নক্রবদা নোংমগী নুমিত্তদি পোক্তবী মমানা ফো অসি লোয়না ঙসি শুরমদবা য়াদে। মসিবু লোয়না শুরমদ্রবদি নহাক ঙসিদি য়ুম অসিদা লৈরস্বা সুকয়া য়ারোইকো হায়না লমগী "মুম" অকংবা লুক অমা পীক থন্না থাংদোকপীরম্নলগা পামদা থবক শুবা চংখি। মমাগী য়াথং কিমনখিহুনা নুপীমচা অহু ফো শুবা ঙম্বা হোজরমই। পোক্তবী মমা অহুনা ফৌনি হায়হুনা

থম্বীরমগ্রবা "মুম" অকংবা অহ্ন শুম্বলদা হাপ্লহ্না শুবা হৌখি। মপুম অমা ফাওবসু য়ানা চীকখায়বা ঙমত্রবা মুম অহ্নবু শুম্বলদা মুপীমচাহ্না শুগায়বা হায়বসিদি সংসারদা ওইথোক্লরোইদবা থৌশিলনি। মুপীমচাহ্না ফনা কল্লা শুজে অহ্নবু মুমগী মকু অমত্তা ফাওবসু থোকহনবা ঙমগদরে। মুমিত্তি তাশিল্লকখীগদৌবে করম তৌবসিন্না ইমা লাক্লগনি। ইমানা ঐবু কৌ লুক অসি লোয়না শুরমত্রবদি য়ুমদা লৈরমগনু হায়রমখি। ঐ করম তৌরসিন্না হায়না মাগী ৱাখল য়ান্না ৱাশিল্লক্লবদা মহাক উপায় লৈত্রবদা মমাবু কীমনখিবদগী মুপীমচা অহ্ন শা অমগী শায়োন লৌরহ্না লমশা ওস্থোকখীরম্লে। পোক্তবী মচানুপী অহ্না ওনখ্রিবা শা অহ্নদি "শওম" হায়না খঙনখ্রিবা শা অসিনি। শওম হায়বিবা শা অসি হৌজিকসু খুনবু হায়রিবা শাগেগী মীশিংনা চাদনা নামুংনহ্না মরিং জাতি মরক্তা লৈনবীবা অসিনি।



# লাইরবী মমা মচা

থায়না মমাংঙৈদা থুল অমদা য়াম্না লাইরবা ইমুং অমা লৈরমখি। ইমুং অসি নোংম-নোংমগী চরা তাংদুনা হিংজবা ইমুং অমা ওইরমখি। করিগুম্বা পোং খরদং কৈথেলদা য়োঙ্গরুদুনা চেং চরা ৱাঙ্গবা অদুনা মখোয়গী পুন্সিদা থৌদাং ওইজরকপা ইমুংনি।

ইমুং অসিগী মুপী অদু অঙাং অনৌবা চেনবা মবম্না অঙাং অদু পুরদুনা কৈথেল কাবা তাখিরমই। মথম্না তুরাই ঙাম্লোই কাফৈ, কাফৈনা চৎচবা ঙমজরকপদা ঙাইজরিবা মাম্নর্পা। অদু পোরদুনা মমা মচাদু কৈথেলদা শিং য়োন্নবা চৎখি। লাইরবা কৌবা হায়বসিদি মুংঙাইবা ইমুংগী মঙ, মতৌ, মতম অদু কৈদৌনুংদসু তম্বা ঙমজদে।

নুমিৎতুগী পুখিনবা কৈথেল পোং লাংজরিঙৈদা অতৈদি মথং মথং হান্না চৎলমখিদুনা মমামচা অদু খোংলোয় অমত্তসু য়াওদনা কৈথেলগী লমশাং লাকখিরমই। চীংগী লমদদি কৈথেলগী মফমদু শাংখিবনা কৈথেল পোং ওইনা। শীং মপুন পুরকপদা মমা অদু ৱামনখ্রবদা লমখাংদা পোম্খাখিরমই। মুপী অদুনা কোকথক্তগী শীংবুনদু থাখিবদুগা লোয়ননা শীংবুনদুগী মনাক্তা মচা মুপী পীক্লীবী অদুবুসু মনংগন্দগী থারদুনা থম্লী। মুপী অদুনা ময়ুং হান্দোকথীগে হায়না মফমদুদগী খরা চৎথোকখিদুনা অকুংপা

মফম অমদা ময়ুং হেক ছানখিবা অহুগী তাঙ্গা অতুমক্তদা অকুৎপা শরুক অহু পাথোকখিবা মথৈ চীংলোমদগী চেম্থরকখিবা ঈশিং অদ্না মমা মচা অদ্ তুরেল অদ্গী ৱাংমা ৱাংমা ওইশিনখরে'। মুপী অদ্ ফনা কন্না লাম্থোকহৌনবা হোৎনজখি। "অদ্বু চাওখ্রবা তুরেল অমা ওইখিদ্না ঈমায চোন্না ঈশিং চাওখ্রবদা মহাক লাম্থোকখীনবগী উপায় লৈজখিদরে। পীক্লিবা মচা মুপী অদ্মু খোম লামখৎলকপগী য়াম্না কন্না কপখৎলকখিবদ্ মমা অদ্নসু তুবেলদ্গী ৱাংমদগী তারকখি।

মমা মচা অদ্ উনা উনা অরাম খোবাংবা কৌক্রবা খোন্নাং ইন্নবা য়াদনা ৱাংমা ৱাংমদগী য়েংনরদ্না মমা-মচাদ্ থম্মোয় শোক্লা কপ্লদ্না লৈনখিরমই। মচা মুপী অদ্না মমাবু কৌর কৌরগা তুরেল ৱাংমগী তোর্ব্বান্দা তুবোয় ঙাম্নোই কপ্পা কপ্পা চৎলি। মমানা মচাবু তুরেল ৱাংমদগী য়েংল-যেংলগা মচানা মাবু কৌখিবগী খোঞ্জেল তাম্না তাম্না তার তারগা মাগী থম্মোয়দু পুবা ঙমখিদে। মচানা মমাবু কৌখিবা অহু তারগা মমানা ইচা তেচা ইমাসু অসিদা লৈরীয়ে নহাক কপ্লপসু ইচাদি খোম লাম্লমগনি ইমাসু খঙই। অহুবু ইমাগী ইবেম্মা তেচা ইমা ইচাগী মরক্তা চাওরবা তুরেলগী ঈশিংনা থায়দোক্তুনা থন্বীখরেনে, ইমাগী ইবেম্মা নহাকপু কপ্পগনু, ইমাগী থম্মোয়সে পুবা ঙমদরেনে।

মমা অমদি মচামুপী অহু তুরেলকুগী ৱাংমা-ৱাংমদা য়েংনরহুনা কপ্পা কপ্পা তোর্ব্বান্দা মতম শাংনা চৎনরম্লবা মতুংদা মচামুপী অ... ...গী নাওহুম ফি অহুবুসু থনমদনা

কোয়চিং কোয়চিং চিংহুনা কপ্পা কপ্পা চৎচরম্বা অহু মমানা মাবু মুংশীদ্রবা মাল্লে, মাগী অবাম খোবাংবা কোকহন্নবা মমাগী উপায় লৈত্রবা মাল্লে অঙাং অহুনা খল্লরুহুনা পীক্লিবা মুপী মচা অদো মমাদা অরোইবগী খোঞ্জেল ওইনা— ইমা, ইমা ইমানা নচা ঐবু মুংশিবীদ্রবা মাল্লে। ইমানা নচা ঐবু মুংশিদ্রবনিনা নচা ঐবু শাওবীগন্নুকো হাযনা খোঞ্জেল অমনা মমাগী মনাকোংদা য়োঁহল্লম্লগা মুপী মচা অহু মাগী নাওহুম ফা (মরিং লোন্না মহুগী ফি অহু লংফাই কোই) অহুবু যুংনা শাংনা শাংনা শেগায়জ-রহুনা ফী মচেংশিং অহুনা মাগী মশা ওইনা শাজবগা নূপী-মচা অহু উচেক ওইনা নূআ — নূআ — নূআ -হায়না খোংল-খোংলগা অতিয়াবোমদা পাইখৎখ্রে। (নূআ — নূআ — নূআ হায়বগী অর্থদি ইমা–ইমা-ইমা হায়বনি)। নূপী মচা অহুনা ওন-খ্রিবা উচেক অহুগী মমীং অহুদি মরিং লোন্দা নূৱা হায়বা উচেক জাৎ অমা উমংদা লৈরিবা অসিনি। উচেক অসিনা খোংবম্ব মুআ, মুআ হায়না অসুম খোংলিবা অসিনি

— — —

# মতারোইশিং কায়নখ্রবী

মমাংঙৈদা নুপা অমনা মাগী নুপী শিগ্রহনা নুপী অতোম্বী অমা অমুক লুহোংখি। অহানবা নুপী অহনা নুপীমচা অমসু পোক্লমখি। মমা অতোম্বী অহনা মাবু চাবা-থকপদা, থবক শুবদা শাথিনা ওৎ নৈবীরমই। নুপীমচা অহু লৈশা ফাজরক্লে। পোক্কবী মমানা মাবু ওৎ নৈবীরবসু মহাক মহদা করিস্সু নিংঙাইরমদে। খুল অহুদা লৈরিবী মমান্নবাশিংনা মাবু নোংমগী উনহৌদ্রবদি নোংমহগী চরা হেনখিবগা চপ হেক মান্নে। মরম অসিদা মখোয়না হান্না মুংশিনা মাবু মতারোয় ওইনরক্কুনা লৈরমখি। পোক্কবী মমানা মাবু ওৎ-নৈরিবা পুন্নমক অহু নোংমফাওবসু মাগী মতা-রোইশিংদা হায়দোকখীরমদে। অহুবু ন্নোংমা নোংমগী অস্থুম অস্থুম মাবু ওৎ-নৈবসি খাংবা ওমশিল্লকত্রবদা উচেকী শক্তম এন্দ্রৌঙৈদা মাগী মতারোইশিং অহু অমমম উনরগা ইতা, ঐবু ব্রারোবিগনু-কো ওসিদগী ইতাগা ঐগা কায়নরসিকো হায়না কায়নবগী ব্রারী শারা শারগা কপ্পা কপ্পা মাগী মরুপশিংহু মথং মথংনা উনরমখ্রে। মাগী মতারোইশিংদা অস্থুম্না হায়রমখি— ইতাখোয় ঐগা ওসি-দগী কায়নখ্রবসু খুলগী থৌদোক থৌরম খুদিংমক্তা ঐসু য়াওরী হায়না ইতাখোয়নসু খনবিগ। অহুগা ঐসু উচেক ওইনা পাই-রক্কুনা থৌদোক অহুগী মনাক্ত হৌরম্বা উপাম্বিদা ভোংলরগে।

ঐনা উথক্লা তোংহুনা লৈখিবহু উবদা নখোয় ঐবুস্থ হৌজিক লৈমীন্নরীবা অসিগুম্না নখোয়গী ৱাখলদা খনবীয়ুকো ইতাবোইশিং।

অম্বুম্না মাগী মতাশিংদা মানা শানিংবা ৱারিশিং শাজরম্লগা মহাক অহু য়ুমদগী খোং থাংদোক্লদবগী মাগী ইমুংমী মী কনাস্থ লৈত্রবা তাঙ্গা অহুদা মানা মাগী শিজিন্নরম্বা ফিরোলশিং, পোং-চৈশিং খুদিংমক অহুবু মথং মথং নায়না লৈফম, মফম চানা চানা কপ্পা কপ্পা মথং মথংনা অরোইবগী মীদায় লৌরম্লে। মমীত্তুগী শিম্থরকপা পীরাং অহুবু মানা অয়ুক মুংথিলদা তোয়না চেঙ্গরম্বা ফী অহুবু তৈথোক্লবমহুনা কপ্পা কপ্পা খোংজিন কানথোকখরে। মহাক কপ্পা কপ্পা চংথিবা অহু মাগী খুলগী পম্হোং অহু কাম্হোখিগ-দোরে, মাগী খুলগী পম্হোং অহুগী ৱাংমদা কাম্হোক্লমদাইদা মাগী মুংশিজরবা খুলগী য়ুমশিং অহু থুংনবা য়েংলমহুনা মখোং অহু পম্হোংগী ৱাংমদা লাম্হোরকখরে। মাগা, মানা মতারোইশিংগা মুংতিগী চংলম্বা লমশাংগী খোঙ্গুলশিং অহুবু লির লিরগা কপ্প-কপ্পা চংথিহুনা মহাক অহু 'লাংমৈদোং' হায়রবা উচেক অহু ওন-থোকখরে।

মতম খবা লৈববা মতুংদা খুল অহুদা য়াম্না চাওরবা থৌ-দোক অমা থোকখিরমই। থৌদোক অহুদা লৈশাবী পাখঙশিং কয়ানা ঈশৈ 'শক্লবগা য়াম্না মুংঙাইনা থৌদোক অহু চংথবি। মহুগী মরক্তা খুলহুগী অহল-লম্মনশিংস্থ শুনা লাক্লুনা থকপা চাবা অহু তৌনরি। থৌদোক অহুদা লৈশাবীশিং অহুনা মমাং-ঙৈগী মরুপ কায়নখ্রবীহুবু নিংশিংনরকখিরমই। অহুগা মখোয়গী

## মরিংগী ফুঙ্গা ৱারী

মতাৱোই অহুম্স থোদোক থোকফম অহুগী মনাক্তা হৌবা উ পাম্বী অচৌবা অমগী মথক্তা ইঙান ঙাম্না উনঙাইদা তোলমই। অহুঙৈগী মাগী মতাৱোইশিংনা মাবু উনরহুনা উ পাম্বী অহুগী মখোংদা পরেং শানা লেপ্পরহুনা ইতা, ইতা, ইতা নহাকপু করম্না তৌরিবগে? ইতানা ঐখোয় থাদোকপীরম্নবদা ঐখোয় য়াম্না মুংঙাইতরেনে ইতা। ইতাস্তু ঐখেয়না নোকচ-লাওজবদা যাওবাৱো অস্নুম্না মতাৱোইখোয়না মঙোন্দা হায়জরকখি। মতা-মতারোইশিংনা হায়জরকপহু তারবদা ঐগী মুংশিজরবা ইতারোই-শিং নখোয় ঐবু ৱারৌবীগন্নুকে, নখো:গী নতা ঐনা নখোন্দা করি থুদোলবু তৌরম্নসিবা, হায়খিবগা মাগী মশাদগী মতু থরা ফোইর ফোইরহুনা মতাৱোইশিংদা থাদখিবদা মতাৱোইশিংনা হবাও হরাপনা খুম্নখিবহু লরবদা মাগী পোক্তবী মমা অহুনস্ত উথকলেমদা মমাইহুং ঙনখৎলক্তুনা -- ইচান্নুপী ইচা নংবু ঐখোয়বু কাওথোকখ্রবরা হায়না হেক হাযখিবগা মানা উথক্তগী ইমা-ইমা ঐ নংবু করিগী কাঙগনি ইমাবু ইমানা নচা ঐঙোন্দা নিবীরীবা অহু করিগী ইমাগী শরুক থুংলোয়দগেনে ইমা। ইচা নচা ঐনা ইমাগী শরুক তমজরগে ইমা, ইমাগী য়াহু লাওনা কাথৎলগা লৈবীরমলো। অস্নুম্না মচা নুপী হায়রকখিবা মতুংইম্না মমা অহু মানা তোংলিবা উ-পাম্বীহুনী মখোংদা ময়াহু য়াম্না লাওনা কা-থৎলগা লৈরিঙৈ তাঙ্গা অহুদা লাংমৈদোং উচেক ঙনখ্রবী। মচা নুপী অহুনা উহৈ ৱাহৈ চাখিবগী মথি অদুনা মমাগী ময়া থন্না ফাইথবিরকখরে। হৌজিক্কী মাগী তালোইশিংনা মাগী মতুদু য়েংনরদুনা হরাওনা ময়ুম ময়ুম হন্নবকখরে। অদুগা মমা অদুদি মচান্নুপী অদুগী মথিনা ময়া থন্না ফাইজিনবীখ্রবদা মমা অদু স্বর ফুল্লগা মথৱাই অদু উখোং অদুদা লানখরে।

———

# লিমতুংঙা

লিমতুংঙা হায়রিবা নিপা অসি অফাওবা নিংথৌ মাইবনি। নিংথৌ মাইবা অসিনা কয়ামুক ঙম্বগে হায়ববু মহাক অসি পৃথিবী মরোল অত্তম হায়বদি নোংথক, পৃথিবী অমদি পাতান অত্তম্মক্তা কোইবা ঙম্মী। অদুগা মহাক অসি লাইগম্ রাম্নী শাম্নবা ঙম্মী।

মতম অমদা লিমতুংঙাগী মুপী অসি য়াম্না কন্না নারম্মী, মথরাই তত্তে হায়বা মথৈদা মঙাই। অম্তুম্না য়াম্না কুইনা নারকপা অসিনা লিমতুংঙাগী মুপী অসি মরোল মরি করি অমতা থোকখিদ্রে, জ্ঞান অমতা য়াওদনা হিপফমদা মতম কুইনা য়াতাদুনা লৈরম্মী। মাগী মুপী অনাবগী মরমদা খিজিনবদা লিমতুংঙানা খংলম্মী মাদুদি মাগী মুপীগী মথরাই অদু অশিবগী (যমগী) লৈবাক্তা লৈখ্রে অদুনা মানা মতুগী মথরাই অসি অশিবগী মথুত্তগী মুন্নুগে হায়না রাশকলম্মী। মানা মাগী মুপীদা হায়রম্মী "ঐহাক নংগী নথরাই অসি অশিবগী মথুত্তগী লোরুগে অদুনা ঐনা ঙসি তুমখিবা অসিনা মুমিং ৭ নি শুত্রিবা ফাওবদা ঐহাকপু কুম্বা য়াদে।" মসি হায়রমলগা হিপফম ফজনা থাদুনা লিমতুংঙা অসি অশিবগী পাংথকুম্না তুমখ্রে।

মান্না তুমখিবদগী মাগী মুপীগী থরাই লোরুনবা অশিবগী লৈবাক থিবা চৎখ্রে। লিমতুংঙাগী থরাইনা অম্তুম্না চৎলকপদা লমবিদা খৈরোই মচা অমা কোইকোং চোংদুনা চৎপা থেংনরম্মী, মাদুদা লিমতুংঙানা হংলম্মী "খৈরোই মচা নংদি কদাইদা

চৎকদৌরিবনো ? ঐহাকস্সু নহাক্কী নত্তুং ইনগে।” খৈরোই মচানা খুমলম্মী “অহন ঐদি লৈকুৎ লৈরাই, উক্রোং, ৱাক্রোং, পৃথিবী পাতান থুংনা চৎকদৌরিবনি; নহাক ঐগী ইত্তুং ইনবা ওস্মোই।” মাহুদা লিমতুংঙানা মাস্থু খৈরোই মচানা চৎফম চৎফম খুদিংদা অৱাবা খুদোংথিবা কয়ামুক থেংনরবস্থু মতুং ইনগনি হায়হুনা হায়রে। মানা য়াদ্রবা অহুদা খৈরোই মচানস্থু লিমতুংঙানা খৈরোই মচাগী মমৈদা পাইহুনা মতুং ইম্লরে।

খৈরোই মচাদি মশা পিকপনিনা মানা চৎনিং চৎনিংবা মফমদা কোইচোং চোংহুনা চৎলকলে অহুবু লিমতুংঙাস্থু খৈরোই মচানা চৎপা মফম খুদিংদা মাগী মমৈদা য়ান্দুনা কোইন ইম্লরে। অস্থুম্না মখোই অনি অসি খুদোংথিবা লৈকুৎ লৈরাই লাল্লে, উক্রোং ৱাক্রোং কয়ামুক লাল্লে মমৈথংদদি খৈরোই মচা অসি লৈএক অহোবা অমদা চংখিহ্নুনা পাতান লোমদা চংখ্রে। মাহু ফাওবদা লিমতুংঙাস্থু অহুম ইন্নরি। মতম কুইনা অস্থুম্না পাতান্দস্থু খুদোং-থিরবা লম্বা কয়া কয়া অসি চৎলক্লগা অকোনবদদি অশিবশিংনা লৈরিবা যম লৈবাক অহু য়ৌরে।

মুমিৎ অসিদি যম লৈবাক্কদি শাহোংবা হায়বা কুমমৈ অহু তৌরম্মী। মখোইগী নিপাশিংনা শা তানব চৎলম্মা অহুগা মুপা-শিংনা চান থরুবা, ঈশিং শোকপা অমদি শিংনোং থিজিন খোৎ-চিনবগী থবক তৌরম্মী। লিমতুংঙানা অস্থুম্না য়েংবদা যমগী মুপীশিংগী মরক্তা মাগী মুপীস্থু য়াওরম্বা অহু উরম্মী। মাহুদা লিমতুংঙানা মাগী মুপীবু কৌরগা হায়রকই “ঐনদি নংবু য়াম্না

কম্না থিবা হোৎনরি অতুবু নংদি মফম্ন অসিদা য়াম্না মুংঙাইনা লৈরমলি। মাগী মুপীনা খুমলম্মী "ঐদি মফম অসিদা পাল্লগে ছায়না তৌরবনি।" লিমতুংঙানা হায়রকই "মাতু য়ারোই নহাক হৌজিক থুনমক ময়াম অসিনা উত্রিবৈদা য়ুমদা হল্লো।" হায়তুনা মাগী মুপীগী থৱাই অতু তাইবংপান্দা হলহনখ্রে অতুগা অম্মুম্না হায়রম্মী "ঐদি মুমিৎ ৭ নি ফাওবা অসিদা লৈখিগনি অতুনা ঐবু মুমিৎ ৭ নি শুত্রিবা ফাওবা পোৎলোইবা তৌগমু। মতুদগী মাগী: মুপী অসি অনাবা ফরে অমমুং অশিবগুম লৈরম্বদগী হিং-গৎলে।

সোমদা লিমতুংঙাদি করম তৌরি:— যম লৈবাক্তা মাদি যম নিপাশিংগা শা তানবা অতুদা য়াওতুনা লৈরে। যম নিপা-শিংনা তাল্লিবা শা অতুদি করি শানো হায়ববু নাচন খোংয়াম্বিনি। নাচন খোংয়াম্বীবু শানি হায়তুনা তাল্লিবনি। মখোইনা নাচন খোংয়াম্বীবু অম্মুম্না তান্নবদা লিমতুংঙা মনাক্তা শা অতু লাক্লমই। মাতুদা যম নিপাশিংনা লাক্তুনা হায়রকই "হে অহল নংগী ননাক্তা শা লাক্লে, নংবু শানা শোইদনা শোকলগনি"। লিমতুংঙা-না কোইয়েং য়েংবদা শাদি উদে অতুবু ঙাইহাক লৈরগা ময়াম্না ছায়জিল্লকপদা মাগী মখোং ময়াদা নাচন খোংয়াম্বী অমা চৎতুনা লৈবা অতু উরে, মানা মাসিরা? হায়না হংবদা মানি অতু শা অতুনি ছায়বা থংলবদা লিমতুংঙানা নাচন খোংয়াম্বী অতু মখোংনা নোয়হংখ্রে। মাতু উবদা যম নিপাশিং অতু লিমতুংঙাবু য়াম্না কিরে মাবু ময়াম্না হন্নাও তয়াম্না শেবা তৌবিরে অতুগা মখোয়গী কুম্মৈদা

য়াওখিসি হায়না হায়বে। অসুম তৌতুনা লৈবা অসিনা মতম শবা কুইনা লিমতুংঙা অতু মংফাওদদুনা লৈরে। তৌবগীদি মানা হাংৱস্বা সুমিৎ ৭ নি অতুদি শুদ্রি।

সোমদনা করম তেৈবি লিমতুংঙাগী সুপীদি মপুরোইবনা সুমিৎ ৭ নি হাযবস্বা অতু কাওথোকখ্রে অতুনা মপুরোইববুদি চাননা শিখ্রে হায়না লৌখ্রে। মৰম অতুনা মানা ময়াম কৌতুনা মপুরোইববু পোৎলোইখ্রে। মাগী ফুৱফম মং শেমতুনা ফুমদোকখ্রে। লিমতুংঙানা হৌজিক্তি মানা হায়বস্বা সুমিৎ ৭ নি অতু শুগদৌরে হিংগৎলগে হায়না তৌব। মতমদদি মাবু মংফমদা ফুমথিবা মরমনা হিংগৎপা ঙমদ্রে। মহৌশানা মরিংশিং অসি ফুস্বা মতমদা অশিবগী মং মনুংদা নিপা ওইরগা মাগী তাইবংপান্দা লৈরিৈদা শিজিন্নরস্বা খৎশু খুৎলাই থাং, তেন, তা পুন্নমক শুনা হাপ্পী। অতুগা সুপী ওইবগনা ফিশা লোনশাদা অমদি ইমুং মনুংদা দরকার ওইবা ফিশাপোৎ, ইয়োং,তরেং, তেম অসিনচিংবা হাপনৈ। অসুম্না লিমতুংঙাস্থু খুৎশু খুৎলাই থাং, তেন, তা লোইনা হাপ্পুনা ফুমথিবনি।

লিমতুংঙানা হিংগৎলগা মংদগী মপানথোকপা ঙমদ্রবা মতমদা মাঙোন্দা হাপলস্বা থাং, তা, অতুনা মাগী মং খুমলিবা উপাক অতুদা কন্না কন্না য়াল্লম্মী। অতুবু উপাই লৈত্রতুনা থোকপা ঙমদ্রবদা অতুম শিখ্রে। লিমতুংঙাদি মাগী সুপীদা হায়রস্বা ৱাশক অতু মাগী সুপীনা কাইরস্বা অম্বুদা য়াম্না সুংঙাইতনা তাইবংপান

থাদোকখি। অদুনা মানা মাগী মুপীগী মমংদা পুন্নমক অসি তমলে মাহুদা মাগী মুপীসু মাখোই অনিনা রাশক্রুব্বা অদু খংনিং নিংশিংলক্লে অদুগা নিংবা কাইবগা লোইননা থব্রাই মুংভাইতনা থুনা য়াংনা চৎলগা মপুরোইবগী মং অদু হাংদোকতুনা হেংবা মতমদদি মপুরোইবগী হিংগৎপগী মতম হেনখিহুনা হিংগৎখিদ্রে। অদুবু মানা হিংগৎলমলগা থাং, তানা মং খুমলিবা উপাক তদুদা য়াল্লম্বগী থাংকম থাকম অদুদি অদুম লৈরম্মী।

মীওইবা কোবা অসিনা মতৈ-মনাও হায়বদু হেক ওইখিবগা অমগী অমগী য়াথং ভাক্লদ্রবদি মুংশিনবগী মপুং ফারক্লে। মতৈ-মনাও মুংশিনবা তাম্লক্লবদা ইমুং মনুংদা ঈংথবগী শরুক ৱাংলক্তুনা অৱাবগী শরুক থুংলকখি। অৱাবগী শরুক্কা চারা ওইবক্তুনা নিংভমদবা হায়বা মহৈ অদু পাল্লতুনা মদুবু চাভবদুনা মীওইবগী পুন্সি লোয়শিনখি।

---

# শজি মচা শিবগী বিচার

খুল অমদা মকুংঙারা হায়বদি মকুংঙা শাগেগী নিপা অমা লৈরম্মী। নোংমা মকুংঙারা অসি থাং ফেংনা লৈরম্মী।' মানা অস্থন্না থাং ফেংদ্না লৈবা মতমদা রাইখু অমনা মকুংঙারা অসিগী অথিফমগী মথাদা ইথং খংহৌদনা য়াম্না কন্না চিক্লম্মী। মাদ্দা মকুংঙারা অসি ইথং হেক খংলম্মী অমসুং নামনখিবা অদ্দা খাংবা ঙমত্রদ্না শাওনিংবগা লোইননা অনাবা খাংবা ওইনা কোইচেল চেল্লম্মী অদ্গা মাগী অনাবা অদ্ কনাদা `তাইনশিগে হায়না কোইথি থিরম্মী। মানা অস্থন্না কোইচেল চেল্লগা য়েংখিবদা মনাক্তা ন্নাং (রা ঙ্গাং অমা) পাম্বী অমা হোদ্না লৈবা অদ্ উরম্মী। মকুংঙারা অশাওবগা লোইননা নাং পাম্বী অদ্বু মানা পাইরিবা থা' অদ্না য়ানথংলম্মী। নাং পামবী অসিসু মানা তুমিন্না লৈজরম্বা অত্থদা ইং খংহৌদনা মকুংঙারানা য়ানথংপীবা অসিদা য়াম্না শাওখিরম্মী। মানা মাগী অশাওবা অসি তাইনফম কোইথি থিরম্মী মতম অসিদা মনাক্তা উহৈ রাহৈ কোইথি থিরগা মচিঙ্গাক চাজরম্বা খৈরোই অমা লৈরম্মী। মকুংঙারানা য়ানথংখিবদা নাং পামবী অসিনা খিনখিবদা উহৈ রাহৈ চাজরম্বা খৈরাই অসিগী অথিফমদা হেক পাল্লম্মী। খেরোই অসিসু কনাদসু য়েংলুবা লৈতনা মচিঙ্গাক থিরগা লৈরিঙৈদা নাং পামবী '।অসিনা শিবা য়ানা মাঙোন্দা থিল্লকপা অসিদা ঙমথৈ লৈতনা শাওরম্মী। অমসুং তৌফম খংত্রহ্না মাগী অশাওবা অদ্ খাংননবা হৈবুং পাম্বী অমগী

মথক্তা কাহ্নুনা হৈবুংশিং অদু মথং মথং চিকথৎলগা থাদবম্মী। মতম অসিদা হৈবুং পাম্বী অত্নুগী. মনাক্তা লময়েন লাবা অমনা মচিঙ্গাক থিক্নুনা লৈরম্মী। হৈবুংশিং অসিনা তারকপদা লময়েন লাবা অসিগী মনমগন্দা তারম্মী। হৈবুংশিং অসিনা পানবদগা লময়েন লাবা অসিগী মখ্বাং তেক্লম্মী। মাদুদা লময়েন লাবা অদুনা শাওমনখিদুনা মনাক্তা লৈরম্বা ককচেং মহুম অদুদা তাইনরম্মী। লময়েন লাবা অদুনা শাওনিংদুনা ককচেং মহুম অদু চাইখাইরম্মী। লময়েন লাবা অদুনা মহুমশিং অদু চাইখাইবিরবা অদুদা ককচেংশিং অদু লৈফম খংদ্রদুনা কোইচেল চেল্লম্মী। মখোইনা অস্থুম্না কোইচেল চেল্লগা মখোইগী মহুম ওইনবা থিরকপদা মনাক্তা লাইরেন অমনা হুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্বা অদু উরে। ককচেংশিং অদুনা মাখোই ময়াম মান্নদুনা তুমলিবা লাইরেনদুগী মশা পুম্বা য়োমশিল্লগা চিকলকপা অদুদা তৌফম খংদ্রদুনা কোইচেল চেল্লম্মী। মতম অসিদা লমওক লাবা অমনা মনাক অদুদা মহুম শারগা মহুম মন্থুংদা হুংঙাইনা তুমদুনা লৈরম্বা লমওক অদুদা লাইরেন অদুনা ইথং খংহৌদনা মহুম মন্থুংদা চংলক্লবা অদুদা ইথং খংলদুনা অফিং অফাই ওইনা ফুক হৌগৎলম্মী অদুগা কোচেল চেল্লম্মী। অদুদা মনাক্তা লৈরম্মীবা লফু ইংখোল অমগী মন্থুংদা চংদুনা লফুশিং অদু ওম্বা মথৈ হাইদেক্লম্মী। মতম অসিদা হায়রিবা লফু ইংখোল অসিগী লফুদা ময়ুম মকৈ ওইনা শেকপী ময়াম অমা লৈরম্মী। লমওক লাবা অদুনা লফুশিং অদু লোইনমক হায়দেকপিখ্রবা অদুদা মাখোইগী

লৈফম লৈত্রদুনা শেকপীশিং অদু কোইপাই পাইরম্মী। অদুগা মাংখোইগী চংফম থিরম্মী। মাখোইনা অসুম্না কোইপাই পাইরকপদা লমহাং অদুদা শামু লাবা অমা মচিঞ্জাক থিদুনা লৈবা অদু উরম্মী। শেকপীশিং অদুনা শামু অদুগী মনাকোং মমুংদা লোইনমক পাইশিনখ্রে। মনাকোংদা শেকপী পাইশিল্লকপা অদুদা শামু লাবা অদু তোকফম খংদ্রে। তোকফম খংদদুনা অঙাওবগী মতৌগুম কোইচেল চেন্দুনা-থাংলে। শামু লাবা অসিনা কোইচেল চেল্লকপা অদুদা অমদা লাক্লম্মী। শামু লাবা অদুনা অসুম্না কোইচেল চেল্লকপদা মুংপাক অমদা নেৎলুবদা মুংপাক অদু ওন্থখিদুনা মখাদা নাপী চাদুনা লৈজরম্বা শজিমচা অমদা পান্দুনা শজিমচা অদু শিরে।

মচা শিরবা অদুদা শজি মপী অদু মুংঙাইতদুনা মচানা শিখিবা অদুগী অশেংবা মরম থিগৎপীনবা অমসুং বিচার তৌবিনবা খুলগী খুলাকপদা ৱাকংলে। অমসুং শজি মপীনা ৱাকংলবদা মাদুগী বিচার তৌননবা খুল্লাকপনা লৈবাক প্রজা পুম্নমক কৌথংলে অদুগা মথং মথং ৱাহং হংলে। অহানবদা মুংপাক অদুদা হংলম্মী।

মুংপাক নংনা করিম্মু মরাল লৈজদম্ম মীগী মচা অদুবু হাৎলিবনো ?

মুংপাক :—ঐনা হাংকে হাৎপা নত্তে। ঐস্মু চীংচেপ্তা অসুম নপ্লগা লৈজবনি। অদুবু মশা মউ কথ্রবা শামু অমা লাক্লগা ঐবু হেক মখোংনা নেৎপীরমে। মতুদা ঐস্মু থাংবা ওমদ্রতুনা চীংচেপ্তুগী ওন্থরকপদা মাগী মচাতু লৈ হায়বতু খঙহৌদ্রতুনা

মঙোন্দা হেক পানখ্রীবনি। ঐনা তৌগে তৌখিবা নত্তে।

বিচারপতি :—চুমই, নুংপাক মানা তৌগে তৌবা নত্রে শামু মানা লাল্লি। শামু নং করিস্সু মরাল লৈজব্রবা নুংপাক অদুবু নখোংনা নেংলুব্রীবনো'?

শামু :—খুল্লাকপা ঐস্সু উমংদা ইচিঙ্খাক থিজরগা লৈরাঙৈদা ঐগী নাকোং মনুংদা শেকপীনা পাইশিল্লকুনা ওৎলরবদা ঐস্সু তৌফম খঙদ্রদুনা কোয়চেল চেনখিবদা নুংপাক অদু লৈবা খঙহৌদ্রদুনা নেংপীরুরে। ঐনা নেংপীববদা মাস্সু খাংবা ঙমদ্রদুনা চীংখাদা ওন্থখরে।

বিচারপতি : চুমই, শামু মাস্সু লাঙবা নত্তে। লাল্লীবদি সেকপী নখোয়নি। লাকউ সেকপীশা নখোয় করিগীদমক্তা শামু মাগী মনাকোংদা পাইশিন্দুনা ওৎপীরুরিববা ?

শেকপীশিং :—লৈবাক প্রজাবু অঙম্বা ননাই ঐখোয়স্সু লফু পাম্বীশিংদা ইহুম ওইজরগা নুংঙাইনা লৈজবনি। অদুবু লমওক্না চংবীরকুনা লফু পাম্বীশিং অদুবু হেক থুদেকপীরবদা ঐখোয়স্সু লৈফম লৈত্রদুনা কোইপাই পাইখিবদা ঐখোয়গী ইহুম ওইরবোই খন্দুনা মাগী মনাকোংদা পাইশিনবীরুরে।

বিচারপতি :—শেকপী নহাক্কী করি নবালস্সু লৈতে লমওক মানা থৌদোকশি থোকহল্লীবনি। লমওক নহাক্তা করিস্সু মরাল লৈতবা শেকপীনা মকোল ওইজদুনা লৈরিবা লফু পাম্বী পাম্বী অদু নয়ানা করিগী দমক্তা হাইদৎতুনা তুহনখ্রিবনো?

লমওক : ঐনা ঐগী ইহুম মনুংদা য়াম্না নুংঙাইদুনা লৈজবনি।

অদুবু ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা লাইরেন অমা ঐগী ইছমচুগী মনুংদা চংলক্লগা লোয়না থুগাইবীরবদা ঐস্থ শাগুরগা কোয়চেন চেনখিদুনা তৌফম খুঙদ্রদুনা লফু পাম্বীশিং মরক্তা চেনশিল্লুরে। লফু পাম্বী অমদা থেংলুরমাল্লে। লফু পাম্বী অদুনস্থ ঐগী নংগন্দা হেক তুশিল্লক্লবদা ঐস্থ শাগথিদুনা শেকপীশিং লৈ হায়বদু খণ্ডদদুনা লফু পাম্বীশিংদু থুদেকলুরে।

বিচারপতি :— লমওক্তী মরাল নত্রে লাইরেন মংনা লাল্লে। নংগী মকোনস্থ নত্তনা করিগীদমক্তা লমওক্তী মকোন্দা চংলুরিবনো?

লাইরেনঃ— ঐস্থ য়াম্না হুংঙাইনা অচিকপা মফমদা তুমজদুনা লৈজবনি। ঐনা তুমজরিঙৈ অদুদা ককচেং ময়াম শঙ্গু শঙ্গু লাক্লগা ঐগী হকচাং অসিদা পংচিক্তা চিক্লকপদা ঐস্থ নামনথিদুনা কোইচেম চেনখিবদা লম-ওক্তী মছম অমা থেংনক্লবদা ঐস্থ চংশিঙ্গরুরে।

বিচারপতিঃ— ককচেং ময়াম নখোয়না করিগীদমক্তা মথন্তা হুংঙাইনা তুমজরগা লৈজবা লাইরেনবু চিকলুরিবনো?

ককচেংঃ— ঐখোয়গী ইছম শাজরগা হুংঙাইনা লৈজবনি। অদুবু লমগী য়েন অমনা ঐখোয়না লৈরীবা ইছমু মানা লোয়না খোংকাইবীগ্রবদা ঐখোয়স্থ লৈফম লৈত্রদুনা কোয়চেন চেনবদা লাইরেন অমা থেংনক্লবদা মাগী মথক্তা ঐখোয়স্থ কাক্লরে।

বিচারপতিঃ— হে লময়েন নহাক্লা কার মরমদগী ককচেং মছমদু খোংকায়রুরিবনো?

লময়েনঃ— ঐস্ন্থ হৈবুং পাম্বী অমগী মখোংদা চিঙ্গাক খোৎচরগা লৈজবনি। অতুবু ঐনা মুংঙায়না চাজরগা লৈরিঙৈদা ঐগী নংগন্দা হৈবুং মহৈ অমনা পুপ হেক্না তারকপদা ঐস্ন্থ খঙপ্রেক হেক খঙখিবগা খোইশাওনরগা কোয়চেন চেল্লুবদগী ককচেংগী মহুম অমা হেক থেংনরুবদা ঐস্ন্থ খোৎখায়বীরুরে।

বিচারপতিঃ— হৈবুং নহাক্না করিগীদমক্তা মচিঙ্গাক থিজবা লময়েনতুবু থারুরীবনো?

হৈবুংঃ— পাম্বীগী ইশাদা য়াম্থজতুনা মুংঙাইনা পাঙবনি। খৈরোয় অমনা ঐবু হেক চিকথৎপীরবুদা ঐস্ন্থ লৈমাইলোমদা তারকপতুনা লময়েন মহাক লৈরমগনি খঙদনা মাগী মনঙন্দা তাবীরুরে।

বিচারপতিঃ— খৈরোই নহাক করি মরমদগী মথক্তা য়াম্থজতুনা পাঙবা হৈবুংবু চিকথৎপীরুরি?

খৈরোয়ঃ— ঐস্ন্থ লোকপান্দা হোবা নাৎৱা অকোনবা অমদা য়াম্না মুংঙাইনা উইরগা তোংতুনা লৈবনি। ইখঙ খঙহৌদনা নাৎৱা অকোনবা অতুনা কাপথৎখীদা ঐস্ন্থ নপ্পগা লৈবতু ওমহৌদ্রবদা ফন হেক চোংখিবতুনা হৈবুং পাম্বী মথক্তা হেক তারুরে। ঐস্ন্থ খোয়শাওনরতুনা হৈবুং মহৈ অতুগী মখোক্তা হেক চিকপীরুরে।

বিচারপতিঃ— নাৎৱা নহাক করিগীদমক্তা তুমিন্না লৈজবা খৈরোয়বু কাপথৎপীরুরীবনো?

নাৎৱাঃ— ঐস্ন্থ লোকী মপান্দা কোম্থজরগা মুংঙাইনা লৈজবনি।

অহুবু নুপা অমা হেক চংলক্লগা ঐবু হেক য়াম্থৎপীখ্রবদা ঐস্থু তপ্না হাইগৎখীবা নংহৌদ্রহুনা কন্না ফং হেক কাপ-খৎলুরে। ঐগী ইথক্তা তোংহুনা লৈবা খৈরোই অহুবু কাপ-খৎপীরুরে।

বিচারপতিঃ— হে নুপা নহাক করি মরমদগী লোকপদা কোম্থ-জরগা লৈজবা নাংৱা অহুবু য়াম্থৎপীরুরীবনো?

মীওইবা নুপাঃ— চুমই, লোকপান্দা কোম্থরগা হৌখিবা ৱাংৱা অহু ঐনা য়াম্থৎকে য়ানখিবা নত্তে। ঐনা ঐগী থাং অহু নুং অমগী মথক্তা ফম্নহুনা ফেংলিঙৈদা ৱাইখু অমা থোরক্লগা ঐগী কবাংদা কন্না হেক চিক্লক্লগা নুংগী মখাদা চেনশিনখি। ঐস্থু নামনখ্রবদা তাইনফম খঙদ্রবদা ঐগী থাং অহুনা নাং-ৱা অহুবু য়ানখৎপীরুবনি।

বিচারপতিঃ— অহুদি ৱাইখু নহাক্না তৌরিবসি লাল্লে। মরমদি নুপা অসিনা মাগী থাং ফেংহুনা লৈজবা অহুগী মক্রাংদা করি ওইনা উরুহুনা চিকলুরীবনো?

ৱাইখুঃ— ঐস্থু নুং অহুগী মখাদা য়ান্না নুংঙাইনা কুঞ্জরগা লৈ-জবনি। অহুবু ঐনা লৈনরিবা নুংহু নুপা অহুনা নোম্লক-পসি, নোম্লকপসি ঐস্থু নামনখহুনা নুংহুগী মখাদগী থো-রকখরে। ঐনা হেক থোম্লকপা অহুদা নুপা অহুনা মক্রাং কাক্লগা লৈরিহু উরুরে। ঐনা ঐগী চিঙাক থমক্লমহু ওইরবোই নিংহুনা চিকপীরুরে।

*****

4606/Man

...NIPUR, INDIA...

## অইবা অসিনা পুথোকচম্লবা লাইরিকশিং

1. The Maring Naga cultural History V-I 1982
2. „ „ „ „ „ V-II 1988
3. Kanrilkana Kanserfa Paarbon — 1989
4. Maringa Paarrui — 1990

———

*Printed at Manipur*
The Eastern Printing & Allied Industries Co-operative Society Ltd. Konung Lampak, Imphal.